


অহানবা কোঙবা ১৯৭১

কোপী ১০০০

মমল ২'৫০



শ্রীপদ্মকুমার সিংহ, বিঃ এঃ ( ওনার্স ) না
ডি মণিপুর কো-ওপরেটিভ প্রিন্সিং সোসাইটি লিঃ (প্রেস সেক্সন)
ইম্ফালদা ছাপা তৌবা।

# য়াওরিবা বারী

# মঙাল য়াওদ্রবা পুন্সি

## ফনতুম নুংশিরুরে

চহি কুন্থ্। ফারক্কদোরবা পুন্সি অসিদা অরাং-অপাসি নিংথিনা মশক খঙনবা তাঞ্জাসি ফংলক্তে। উন্না নোংচুবগুম হৈথবা ঈংলবা নিংথমথাগী মতম, ঐঙোন্দা থোইদোক্না নিংথম্না লাওরুদে, ঈশি, তাঙলকপনা ঈশিংশোকপী শঙ্গু শঙ্গু চৎপহু যেংবা চত্তনা কুম্মৈগী মতমগুম হুংঙাইনা লেন-থোকখি। সরস্বতী পূজাগী হুংঙাইবা রাফমহু খল্লুরবদি হহুবী হহুবা থরা রানরবসু নিংথনখা ওইহুনা লৈহন্নিংই। সরস্বতী পুজা লোইখিবগা য়াওশংগী কুম্মৈ, মথংদা কাং কৃষ্ণজন্ম, থৌরানীজন্ম দুর্গাপূজা, রা য়ুংবা, রাকুকপা চহি চুপ্পা অসিদা হুঙাইতবা মতম অসিবু কদাইরাইদনো মফম খংদে।

অরিবা মরুপ কয়া কায়নখি, অনৌ-অনৌবনা মহুৎ শিল্লকই মহম্ম কুইদে। ঐগী পুন্সিগী থৌদোকশিংদগী য়েংবা তারবদি

মরুপ হায়বসি মফম, মতম অমদি তাঙ্গাগী মতুংইন্না হোংদোক হোংজিন তৌই। মুপা মরুপ্তা নত্তে মুপী মরুপসু অক্ষমঙায়।

নহা ওইরিবৈগী মতমদা থেংনখি রোহিনী, পিশক পিক্লি-ঙৈদগী চিন্ন-চান্নবা লোয়নরকখি। মাদি লাইরিক তমদে, খুন্নুংগী মুপী ওনখ্রে, লৈশাবী পুংকক ফারকপদা অহল লমন্না থাজখ্রে। চেল্লসি হায়না কন্না তক্লকখি। ঐনা হায়খি, অহল লমন্না হায়ং ইল্লু। মানা মমিত্তা মপি তানা মথ্‌ায় শোক্না কপ্পুনা ঐঙোন্দা হায়জখি,—"তামো, নং ঐবু অমুক্তা কল্লুবা কৈদৌবগে। তামোনা ঐবু মুককুইবা মুংশিবী হায়বদি অসি ওইরেকো ?" ঐদি থোই-দোক্না থল্লুবা লৈতবনা লায়না অতুম হায়দোকখি, "অহল লমন্না হায়বা ইনবনা ফৈদা।" মা ঐগী পুন্সি অতুম লোইখ্রে।

আশালতাগী মশক উরুবদা থম্মোয়দা অপাম্বা অমা পোকখি। মুমিৎ খুদিংগী করি তৌরগা মাগী মনাক অমুক্তং নকপা য়াগদগে হায়বসিনা ঐগী রাখল ওইখি, মতম কয়া মাঙখি, শেল কয়া তিংখি, অতুন নীংবা কায়রগদবোই নীংলুরে। মমৈদা ঐগীসু মতম লাকখ; ঐনা হায়বা পুম্বা মহাক রাখি ঐগীদমক মথ্‌ায় থাগে রাশকখি, অতুবু মতম অদদি, অঙম তল্লুবা ঐদি, ঐহাক মাবু তশেংনা ল্যাহাংগে খল্লে, তুমিন্না তে কথোক্লে।

পুন্সিগী নমদাঙ লনদাদ খুদিঙদা মখল কয়াগী মুপী থেংনখি শাউগনবী কয়া, হায়রুবদা হেক্তা য়াগনবী কয়া মোমোন্নবী কয়া, শুকথগনবী কয়া কয়াগা ঙাঙ্গা ফংবদা মরি থম্নে কয়াগা অমুক কায়নৈ। মুপী হায়বা জাৎ অসিমক্তি কন্নবু তক্লরবদা, অহানবদা

কনা য়াম্মদবা লৈরবস্থু তু·কোইননা খাওবা ইশুম ওনদ্রবগুম তৌই। অতুবু ঐনা ঙকথিবদি রেবতী, মশক মতৌ য়াম্না ফজবদি নত্তে, রাশি লৈদি হায়নৈ, মাবু তমশিন্নবা মীসি য়ামগ্রে, মাগুম্বা মীতাম্বনি ঐনস্থু লাইবক য়েংনীংলিবা। অঙকপা অমনা রাহৈ অমম্ভং হায়রুবদ্বা থুম্লমদনা পৈথ্বনা চৎখিবা মীতা নত্তে।

রেবতিগা অহানবা উনবা তুমিত্তা ঐনা হায়খি—"মেম্মা, রা অমত্তা হায়জগে হায়থুনা লৈজরকপা ওম্বোক্লা কুইরেদা।"

"ঐস্থু তাজনিংঙ্বনা ঙাইজবা কুইরবনি।"

মানা ঐঙোন্দা য়েংলদুনা নোক্লদুনা হায়রকই।

মাগা রারী শানবগী মহাও অসি কাউবা ওমদম্বনা ইতত্তনা মনাক্তা চৎলি, হায়রুই,—"মেম্মা নংনা ঐবু অস্নুম্না কয়া কুইনা চাকহন্দুনা থমখিদৌরিবনো?"

মানা থুম্লকই—"ঐবু করি তৌজো হায়বগে?"

"ঐখোয়দা লৈরুরসিনে………"

"তামোহোয়গী য়ুমথু য়াম্না মুংঙাই হায়নৈ, লৈনীংইবো।"

"অদু চৎসি হায়বা।"

মানা নোক্লদুনা হায়রকই,—"তামো. ঐনা ফুক হেক হৌগৎ-লক্লবদি চৎসি হায়বা য়ারোইদো।"

"চৎসিনে"

মহাক তুমিন্না ঐঙোন্দা য়েংলম্মী, মানা ওম্মে হায়বা অশাদা নাপলগা লোয়ননা মোমোন তৌরম্মী।

মসি ঐঙোন্দদা নত্তে থোক্লিবা, মাগী মনাক্তা হেক লাকপা

পূন্নমক্তনি। কনাগী মনাক্তা হেন্না নকশিল্লকপা লৈভবনা মাগী লমচত্তা অমোৎপা অমতসু তাবা ফংথিদে।

অহল লমন্না অপাম্বা মুপী লৈরবদি হায়রুরগে তক্লক্লে, মতম চারক্লমাল্লে। মরুপ-মপাঙ অমা অনিগা ঐস্ সু চৎলি অপাম্বা থিবা; অহুবু ফংবদি লৈখিদ্রে। অহনা বাবানা পাম্বা ঐনা মশক শুক-থক খঙদবা অমা হায়রুবহু ঐস্ সু ক্ষরে হায়রে। লুহোংগ্রে! মফম মন্নাং অমা ইখঙ খঙহৌদে।

ঐ ইথস্তনা শক খঙজবা ঙমদ্রিবনা এগী থম্মোয় অসিনি। মী হায়বা পূন্নমক অসি ঐনা কনাবু হেন্না মুংশিরুবা, কনাবুনা মুংশিরুদবা লৈতে মুপা মুপী পূন্নমক চপ মান্ননা ঐনা অপাম্বা মুপী থিবা মতাংদা রাখিবা। অপাম্বদি লৈতে হায়বমক্তি য়াদে অহুমকসু মহুমক্তি থনবা লুনা থোকই। মশক ফজরে ফৈ, মশক থীরগা মরা মখোল মুংশিরবসু ফৈ, মহৈ হৈরে ফৈ, মরল লৈরে ফৈ—কনানা হেন্না ফৈ—মহুমদি ঐ খঙদ্রে। ঐগীদমক থীরুরবী ঐগা লৈমিন্নরবী মুপী অসিমসু অহুমঙায়। মাবু মুংশিফম খঙদে, ফজব্রা, থীবরা খঙদে, পঙলৈতা লৈমিন্নৈ! চহি অমা মথায়রোম হৌদ্রে।

ইতোমতা পোকপা ওইবগা অহল লমনগী মখাদা লৈবগা ওইবনা ঐগী থবক হায়ববু চাবগা, তুম্বগা, কোয়বগা অসিতনি; মুপী থিরে হায়বগী ঐঙোন্দা অহোঙবা লৈতে, অঙাং অমা পোকগ্রে অহু কাওবদসু অস্নানি।

নোংমদি ঐ মুংথিল তুম্লুই। মায়দা করিগুম্বা অমনা শেৎ

লাউমা থায়ম্নপগুম তৌখি, ইপা পাথৎনা মিৎ পাওখোকলুই। কোক ময়াদা লাইফদিবী মচাগুম্না ফিজেৎলৈতেংলবা অঙাং অমনা ঐগী খজাইদা মখূৎ অনিনা পোপ পোপ ফুরম্মী, পাপা! পাপা!

ঐস্যু নোক্লম্মী, য়েংখিবদা অঙাং মমাহুক্ন ইনক নক্না ফমহুনা কুম্মে য়েংলম্বহু উরুই। ঐনা য়েংখিবদা মহাক ইকাইরপ তৌই। মাগী মতৌহু ফনহুম মুংশিরুরে।

# খুমহৌদ্রবা ৱাহং

ঐদি চুন্না ইম্ফাল থোকপদা খোঙবু ওইমিন্নরুবতনি মহৎসু হৌনহনা লাকমিন্নবা নত্তে রেলৱে ষ্টেসন্দা থেংনবনি। তেল্লবা লম্বী অসিদা পূন্সি অসিমগী কোকলরোই-দবা ডাগ থমলম্লীবা অসিদি ঙক্তবা ঙমদে। করম্বা শেম্নহৌদ্রবা মিকুপ্তা হকলম্বা মমিনো মুথৎ মুথৎলগা ময়েক লাবা হেনগৎ-লক্লিবসিবো! মহাক্কী লুহোংবা মুমিৎ অসিদা লাপ্পা চেম্মোক্লগা মৈশা ফংলোইদবোই থল্লুহনা ঙসি মণিপুর থাদোক্তুনা শিলচর তান্না পাইরকলিবনি অহৎবু কয়াদা পঙথবা! রাথলদি মুংশিৎ-তগীসু হেন্না য়াঙই, থম্মোয় থম্মোয়গী অরাপ-অনক্তি লমজেনা ওনগদবা নত্তে হায়বসিবু ঐ থক থেংনরক্তুব্রা? অসুম্না নিংঙমদ মৈচাক থাঙবা ঙমদহনা কোয়চেন চেনগদবা লৈরবদি মহাক্কী ৱাহং ঐনা করিগী খুমহৌদবা! হৌজিক্তি হেনগ্রে মতম অহৎ

মঙাল য়াওদ্রবা পূন্সি

খুমহুনলুস্নু কান্নররোই। অদুবু, অহুবু অমুক্তদি খুমগে ইদিং তম্না থম্মোয় শেংনা খুমদোকথ্রগা পোৎলুম অসে হম্বরা য়েংগে " ঙমগনি ঐ ঙমগনি।" মথন্তগী খোঞ্জেল অহ্নদা ঙক্তুন্না কোয়য়েং য়েংই।

করিবুনো " ঙমগনি " হায়রিবহুবো কনানা ঙমলোই হায়বিরক্লবগে তাম্মোবু ? ঐদি ঐখোয়বু কাউবিদহুনা লেংঙকপি-রিব্রা হায়ববু ইম্ফালদগী মাইথীহুনা চেনবিরকলিবোইরে।

মানা চেল্লকপগী মরমহু থঙদ থঙগ্রবোই নিংলুরমান্নে নরেনহু মমাই ঙাংশং ঙাংই হায়রকই, এা অঙাওবী থংঙ্নেদা নং লাক্লগা কৌরকপা য়াদ্রা, কয়া কুইরে ?

কুইদ্রিদা চা থক্লসি হায়হুনা থিরকপনি তোর্ব্বান্দা লাই নিংবদোনা তুমিন্না ফম্বহুদা ঐখোয়গী মুনিগী ধ্যান তৌস্নিমান্নে হায়হুনা ঙাইহাক ঙাইবনে, তপস্যা সিদ্ধ ওইবিরব্রা "ঙমগনি" হায়হুনা অঙাওবদোনা লাওবিরিবহুবো ?

ইস ! চাউরকলবা হায়বসিদি রাহৈ রাতাগসিদি ঐখোয়না লাম্বা ফংদ্রেনা ?

তাম্মো করিনো " ঙমগনি" হায়রিবহুবো ? " কৈস্নু নংতেদা " হায়হুনা হৌগৎলকই।

অদুক মুন্না ধ্যান তৌরগা " ঙমগনি " হায়রকলিবহু, তাকথোকনিংদ্রগা তাকনিংদে হায়য়ু কৈস্নু হংবিরোইসে ইবুংঙো।

" হেরা-শাউবকাস্নু হৈরেনে সরজুসে।" " কৌবিরকন্নু।"

"অওইবয়ো" হায়হুনা খুবাক্লা থাগে হাইরকপদা সরজুগী

মথুৎ অনি অহনা নরেনগী মথুৎতু পাক কাজিনখ্রে। নরেন স্বাই লাউই। হাকুম মানা থা অমা লৈরম্বদা অঙাং ওইনা লৈহৌবা সরজুদো ঙসিদি মপুং মরৈ ফারবী লৈশাবী অমা ওইনা মমাংদা লেপলরে। তৌফম থঙত্রমাল্লে নরেন্দো "থাদোক্লো সরো হোরেন সিনেমা য়েংবা পুবিগেসে।"

"কৈ কৈ য়েংঙু দৌনিকো" হায়রহনা থাদোরকলে।

মুমিদাং রাইরমহ সিনেমা য়েংঙুনি হায়রহনা নরেন সরজুগা থোরকলে। মামক্তি সিনেমা য়েংনিংবা নত্তে, মাগীদি অচিকপা মফমদা মথন্ত ফমহনা মদোম থম্মোয় চাকচরগা পেনজগে হোৎনজবনি চিলান-থলান ওইনা মচিন পুৎথরুবদগী থোরকলিবনি।

"সরজু" ঐদি সিনেমাবুদি নখোয়গী তুরেল মপান্দা ফমহনা থাবলদা ডুমশিংনা হি মচা মচাদা ঙা ফাবহনহম হেন্না য়েংজনিংই।

সরজু খুমলক্তে।

ঙসিদি সিনেমা য়েংলহুসি ঙা অচৌবা অমা লৈরগা হনগ্রসিদো সরো হা, নং য়ানিংত্রনে?

সিনেমা য়েংত্রবসু ঙাদি লৈহুসি।

ঙা লৈবদি কৈদৌবগেনে?

হহুবা হহুবীসু নত্তনা তামোসিমা তনখ্রে।

ও:! সরজু লৈশাবী ফারে হায়বা কাউথোকলুরেদনা। অহদি চৎলো হরা চারুসি জহাজ ঘাৎতা। বরাক তুরেলগী নোংচুপ থংবা ভোর্ব্বান্দা মমাই অরাং ওন্দুনা মখোয় অনিহ মখোঙ

থাংবগুম থাংদবগুম চৎলি।

তাম্মো ঙসাই নংনা “ঙমগনি” হায়বদো কৈনো হায়-দোকও। নং অমুক হৌরকলবরো ঐনা সুম চোইরোল লোন-বহৌবো। তাম্মোগী অর্থনা থনবা চোইরোল অহনি ঐনা খঙনিংলিবা।

য়েংঙো সরজু, থা অসে কয়াদা ফজথবা!

থাবুদি ঐস্ম উইয়ে। তাম্মোনা তাকপিত্রবস্ ফজৈ হায়বা খঙে, মীনা হংবদি খুম্বীদ্রগা।

নং অসিদি নিংভাই চাউথ্রে, সে সে হায়রগে (মহাক্কী কনাবস্ লিথোকথিদ্রিবা য়ারী অহ লিথোক্রগা মপুক্কিং অহ খরা য়াই শংলগদবোই নিংলুরমাল্লে, নরেন তোর্ব্বানগী নাপী মথক্তা ফমথখরে সরজুস্ য়ারী ভাগদবগী মনাক্তা ফমথখরে)। পুজাগী ছুটি থোরকপদনে গোহাটি ষ্টেসন্দনে নমিতা কোবী নংগুম্বী মচিন য়াম্না থীবী অমা থেংনদনো ইম্ফাল কাওবা লাকমিননৈয়ে। খঙলবরসে?

‘ঙমগনি’ হায়বহৌবুনি ঐনা খঙনিংলিবদি।

হায়রক্কে তাওনে—সেকেণ্ড ক্লাস কমপার্টমেন্ট অদুদা সিট ওদা ফমমিন্নদুনা ডিমাপুর য়োরকপদো য়োংখিবা খঙহৌদে। “নখোয় অনি য়ারী শাবদা ওইরিনি ”

অচুম্বমক্নি সরো অচুম্বমক্নি। অদুদগী ডিমাপুরদা অহিং অহমা পল্লে। ঐনদি হোটেলদা পল্লুসি হায়বনি মানা য়াখিদে। তোববুদি সরো ডিমাপুরদা পনবা য়াবা হোটেল অমা ফাওবা লৈতে ওম্বোক্স্ মোৎলি মফমদো নংসু উরগা খঙগনি। রেটিংরুম

অহুদা ঐদি রারহুনা তুমথোক্লুরে নোংয়াই মতুং অহুরাইদা নমিতানা হৌদোরকখি। মাদি ইরুজথোকলুরমাল্লে মফি মরোলকা হোংদোকলহুনা য়াম্না কজনা লৈরমলে ঐদি হাইক্লেৎ ইকাইরুরে।

"মীনা ফজরম্বা অহুদা ইকাইবীরুরিবা ?"

"হোয় হোয় নংগুম্বীনি রা অমত্তং নাম্বোকখিবদা হেক্ত কমেত্ত পীশিল্লকপা, কোইসন তৌশিল্লকপা"

তাম্মোদি অশেংবদো থোক থোক হায়দোক্তে।

তাওনে তাওনে, অয়ুক্তো বস তোংহুনা ইম্ফাল পাংলক্রে, অহুদনে সরজু ঐ তশেংনা হাং দোরগে ঐদি ইম্ফাল থুনা য়ৌনিংদ্রে।

করিগী ?

নমিতাগা কায়নরনি শনবদা।

সরজু তুমিন লৈখ্রে।

ঐনা খঙবা অঙ্গনক থেক্রে ঐখোয়গী বস অহু ঘাসপানী য়োবদা থামলে, ঐখোয় ভম্নমক কুমথরে লম্বীদা নাগা হোষ্টাইলনা নোংমৈ কাপলে হায়দুনা মহৈ মহৈ পাথৎনরে। ভাইন ভাইন মুমিৎ লৈথখ্রে। সরজু নংদি খঙলোই ঘাসপানীদা অহিং অহুমা পনবা তারে হায়রবদা যাত্রিকশিং অহুনা রানখিবদো ! ঘাসপানী হায়রিবসি চীংলকনিনে চীংলক। মফম অহুদা হোটেল লৈরমদে চান থরুবদি লায়রহুনা অহিং অহুমা থুংফম হায়ববু বস মহুং অহুতনি। বস মমুং অহুদা অহিং নোংশোয়বা ফমহুনা লৈনবা অংগী মৎক্তো চীংলক অহুদা অহিংগী অমম্বদা নোংমৈ কাপলকলবদি নংম্ব খল্লু সরজু কয়াদা রানরিবা ময়ামদো। অহুগা, অহুগনে সরো

ঐনা কযাদা ফুংঙাইখিবা! অহিংদো! ঐগী পুন্সিদা অহিং অহু করম্না কাউগনি। যাত্রিকশিং অহুগী মরক্তা পিকলিবা অঙাং খরস্তু য়াওরম্মী মপুক লামলক্লমাল্লে রা-রা কপ্পরক্লে কিক্লুৎনচিংবা অয়াও অয়াওবা অচা অথক পুথোক্কচনা পীজনরে অহুবু অমম্বা অতদা। কুমথহুনা ঈশিং থুয়া অমতং থিবিরুনবা মীদি কনাসু চোং-থোরকখিদে ত'ঞ্জা অসিদা নমিতা য়াওরমত্রবদি ঐ থৌনা ফুদোক-লমগত্রা? থাজবা ডমদে। নমিতানা ঐঙোম্বা করম্না থৌনা হাপ-খ্রিবা? খঙলে মুপীগীদমক মুপানা তৌথিদবা করি লৈ। অহু-গুম্বা চীংগ্রগী অহিং নোংমৈগুলিগীসু মরক্তা ঐহাক্না ফখিবা থৌনা। উরক্তা চংহুনা অকংবা শীং থেকলুবা, উনা খোমংনা মৈ েোগৎলগা বস মহুংদা তোঙ'লিবা যাত্রিকশিংহু কৌথহুনা উখে'ংদা পোত্থাহনখিব. অনকপদা লৈবা চীংয়ুমদগী ঈশিং নিরু-রগা, খীবাংলবা অঙাংশিংহুবু পীথক্তুনা তুমথুন তাহনখিবা - পূন্ন-মক অদো ক'রিগুম্বা যাত্রিকশিং অহুগী মরক্তা নমিতা য়াওরম-ত্রবদি ঐহাক অহক ইচং থৌরমগত্রা? ও! সরজু ঐ অরেম্বদা রা য়ান্না ঙাংথোকক্লুরে। অহুগা মসিমদি অচুম্বনি সরজু, নমিতাগী অশাদা ঐনা ফখিবা থৌনা ফুদোকখিবা লিংজেন অহুমক ঙসি ঐখোয় থুদিংগী থম্মোয়দা চেন্দুনা লৈবাক্তী, পোক্লকম লমদমগী কান্নগদবা লম্বীদা চিংশিন্দুনা লিংজেল ফুদোক্লরবদি ং্লোইদবা করি লৈ?

অহুবুদি ঐগ্র ভাইয়ে প্রেমিক অমনা মাগী প্রেমিকাগীদমক কদায় ফাওবা ত্যাগ তৌবা ঙস্বগে হায়বদো। অহুগা নহান্দসু

ইম্ফালগী পাউদা থাবল চোংফমদা য়েনহ্না শিনৈ হায়রে।

অচুম্বনি সরো মুপীগীদমক্তদি মপাম্বোম তিংনহ্না শিবা ফাওবা য়েনবা ঙম্মী। অঙকপদি হায়রিবা পাথৌশিংদো মরৈবাক্কী ওইবা থোদোক্তদি পুলিসকী লাঠী মমিৎ উবদা চেন্নখিবা ইমিৎ মল্লা উরবনি ইম্ফালদা।

ঙসি তাম্মোনা পাউ-কা অমত্তা পীরক্তনা পাইবিরকলিবা অসিবু লৈবাক্কী রাফমদা পুলিসকী লাঠৈ মমি উরহ্না কছার তান্না চেনবিরকলিবা জাংলা?

নরেন মমিৎ লাওথোক্তুনা সরজুদা য়েংঙি, ফল তারমদবা অঙ্ক অমা ফল থংতা তাবগুম্মী।

মন্থ ওইরবদি তাম্মো চিংনবিরুগনু মণিপুরগী ইতিহাস পারুবদা থেংনজে, মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংনা য়েক্লবগী মথুত্তা মায়থীরবা মতমদা কছার তান্না চেল্লরুগা নৌহৌনা শক্তি খোম-জিন্দুনা মণিপুরবু য়েক্লবগী খুৎতগী হেক হেক কল্লি। তাম্মোগু মতম থরদং ঐখোয়গী অসিদা আশ্রয় লৌবিরগা অনৌবা শক্তি খোমজিনবীহ্না মণিপুরবু উদ্ধার তৌবা লেংবীয়ু।

সরজুনদি ফাগীনি হায়দুনা তৌরম্বগু য়াই অহুবু নরেনদি চান্নলা ইকায় খুংশি য়ান্নখরে—সরজুগী মথুৎ অনি অহু চেংেং পায়শিল্লগা হায়রকই—সরজু অসিতান্না চেল্লকলিবসে ইরৈবাক্কী, মরমদা ওইরমলম্বদি ঐ কয়াদা চাওথোকচরমগদবনো অহুন—(সরজুনা ওক্তুনা শমথরকই)

অহুবু শক্তা গুণদা চংথোল্লবী নমিতা মগুংলাংগীদমক

মণিপুর রাংমা লান্না চেন্নগনি ।

নরেন মুংশা শ্বর অমুক্তং শাংনা হোনদোকলগা হায়রকই— জগৎকী মপুনি হায়রিবা শ্রীরামসু সীতা কায়না মৈচাক্তো পূন্য চেন্নবী সরজুদা চোংথহনা মুৎনখি হায় । ঐসু ইমাংদা লৈরিবা সরজুগী হেক হায়রকপদা সরজুনা ওক্তুনা "মঙমবীরগত্রা ?" নংহৌররোইদবা মতাগুম ওক্তুনা খুমলকখি নরেন্না রাহং অহুমকী পাউথুমনি ঐনা ঙসাই খুমখিবদো ।

# থম্মা থক্কী লাইজ

মাগী দুকানগী মমাংদা হাইফেত্তুং চৎলুবদা ইচে তোম্বীনাঐবু হান্নগীগুম হরাও হরাও কৌরকই। নন্দবাবু উদবা কুইরেদা, কদাইদা চৎলুরে, নারুরবরা ? মহৌশাগুম চিংথ--চিংথ, কোৎথ--কোৎথ, ঙাংলকই। মানা হায়বা চুম্মী ঐস্থু নোংমতা চৎথোকলুদ্রে। ঙসি থা মুক্তি ফারম্লগনি। ইবানি উনদবা।

"উনদবসু ফনা কুইরে করিনো অমতা লৈয়ুদনা করিমতা চানীংদ্রবো" অমুকসু নপশিল্লকই। তশেংবদি মহুগী হুমিৎতু ঐ কয়াদি চানিংদবনি। চাববুদি চাখি ইকাই থাংদগী। "বোড়াগা কাংহৌগহ্ লুপা অমগী পীরকউসে" ঐনা হায়খি। ফুরিখাওদদি অনিথক্কনি য়াওরিবা। পুক্নিংদদি ঈশ্বরদা চামরক হন্না থুরুমজখি "হে ঈশ্বর, অসিদগী হেনবা অতৈ অম'মুক হায়বিরক্কবা।"

ইচেত্তোম্বী মশা নহান্নি চহি কুম্নিথোই কুনহুমদোইগী মীওইনি। মশা পাতক তৌই, ফিভম তোঙ্গানৈ। মপুরোয়বগী মনাক্তগী হেক হল্লকপগা হুকানগী থবক অসি তৌবা হৌখিবনি হায়। অম্সুমসু হায়নৈ মানা ময়ুমদা হল্লক্ত্না লৈররবা ফাও-বদা মাগী মপুরোয়বহুদি ইতত্তনা লাকলম্মী অদুবু পাম্ব পামদ-বদগীরা, অদুম্মক লাকহনখিত্রবনি হায়। মমা মপাদি ইচে-তোম্বীগী লীচিং মখাদা লৈবা মীনি। করিমতা হায়বা ঙমদে।

মাগী হুকান অসিদা মখল কংাগা মীওই লাকই মশক ফজবা, ইনাক খুনবা। ইচেত্তোম্বীনা মখোয় খুদিংমক তরাম তরাম ওকই। নুপাশিংহুসু ফম্বমখৈ ফমলগা থেংলক্লগা ময়ুমদা হনখি। মসিনি ইচেত্তোম্বীগী কারবার।

ঐস্সু নহানমখৈদি খবা খরা চংলম্মী অদুবু থামুক অসিদি লেপ্লরে। ঙসদা অমুক উনবসিদা মানা শেম শাত্নুনা শিক শিক্ত্না ঙাংখিবসি মহানি। "মীনবুদি ঐনা তৌরি'সে তুক্ক চরম্বা য়াই। তুক্কচজসমু, অদুবু ঐস্সু ঐগী হিংনবা উপায়দি থিবা তাই। তুক্কচফমদি লৈতে। নুপাগা লোম্দিন্নরমগনি অসিরা? মহুদা করি অকাইবা লৈবগে মসিদি জগৎকী নত্রা?

ঐস্সু চানা চানা ভারি। পূক্লিংদা করিমতা খল্লুবা লৈতে মানা ঙাংলিবসি চুম্মী চুমদে হায়বা রাখলগী মচি খরদি পোকই। ইহাক্তংগী ওইনা।

তানা তানা চাবা লোইরে। ঙহাক্তং ফমখিগে খন্দুনা মাগী রারীহু ঐস্সু হাইফেং হাইফেং তারুই পুংখাইমুক্তং ফমখিগে

থনবনি। অষ্টম্মক থোরক্লে। মী থন্না চংলকপা উহ্না।

অসুম্না ঐসু নিতিগী চৎলে। নোংমত্তং চৎহৌদবদা পুক্লিংসি ইয়াঙ য়াঙই। মুংথিল পুং ৪ দগী চৎখিবহ্না হনজিল-লকপদা মাপললকাদি হেক্ত মতাই। হজিল্লকপা থুদিংগী মুপীনা ঙাংই—"করিনো তৌরিবসিবো ইমুংগীকা করিমতা থনবীগ্রবো। কদাইদবু চৎপিরুরিবনো নোংমতসু ঙন্না মহনজিনবিরকউ কৈদৌ-বগে। থবক পুন্নমক ঙন্না ঐগী ইথক্তা নমশিনবীরমলগা চৎপি-খিবসিবো। চাক থোংলিঙৈ মতুংদদি অঙাং পিশক'সিদসু হাইকেৎ লৌথোকপিবা য়াই।" ঐ থুমদে। মানা হায়বা চুম্মী। হয়েং মথৈদি চৎলরোই থল্লি।

নোংমসু চৎলুই। মুমিৎ মরি মঙানি উন্নরুগ্রবা মতুংদনি। মানা কৌরকই—"কৈদৌরুরে ঙম্মুগ্রবা মরক মরক্তা অমুক'মুক লাক্লমলগা হেক্তা মাংখিবসিবো থবকা কনগ্রবা জাৎ হায়'হু ওয়রেকো।" "নত্তেদা হকচাং অসি কয়া ঙম্মুগ্রহ্না তৌবনি" ঐনা তেত্তক্লা থুম্মী। "কাহ্ হাওনা অমথক্তং তপ্পিরকউ" ঐনা হায়খি। মানা কা মতপ অমা তপ্লগা পীরকই। ঐনা ফুরিৎখাওদগী কাগী মমল পীগে তৌবদা মানা "এ! করিগী পৈশানো নংনা কা মতপ অমথক্তং চাববু—" হায়হ্না মহৌ-শাদগী শরুক চামা হেন্না কোৎথ কোৎথ ঙাংলকই। ইচেতোম্বী মশক ফজবী মুপীনি। মানা হায়রিমথৈ পকচৈ মানা ঙাংলিব-মথৈ মুংশি। মানা শেম শাহ্না ঙাংলকই, "ঐথোয়দি ইশাবুদি নহানি হন্দকী পানথৎলকপা অসিদা কুনহুমদোই চংবনি অ...

মন্নান্না ইচেতোম্বী হায়হুনা অহুম্মক চৎপিগ্রে । ভশেংবসি, চহিরোমদা য়েংনরুরবদি ঐখোয়না হল্লি। অহুবু মন্নান্না কোন-বদগী ইচেতোম্বী অহুম্মক কোরে । মাগী থম্মোয়নদি লুংঙাই-তমাল্লে । ঐনা "ইচেতোম্বী হয়েং মথৈদি মীংগৌ ওম্বোক-নরসিদনা" হায় মাসু নোক্ত্না মঙক্তমক হায়—খুমদে ।

নিতিগী অসুন্না ইবানীনা শানরিবা ন্নারীসি মথল মথেল কয়ানি । ইবানীগী ইতোসিদা তৌরব্রা করিনো থঙদে মহৌশাগুন্না অহুক হাক্না মী ফমলক্রে ।

মানা ঐবু নিতিগী মাগী মনাক নকশিলহন্নবা হোৎন-থিবসি মহানি । ঐসু অম্মক নকশিল্লকই । মাগী লমচৎসু হান্নদগী থরদি হোংলে হায়বসি ঐসু খজিক্তুংদি থঙই । অমুক্ত তৌরমগ্রিবা, মখাইদা পাওদর থাগৎলক্লে; মচিবান্দা পান্নাগী মচু শংগৎলক্লে, খোইখা শেখরক্লে । মশক্না ফজরে, মানা তৌথো-রকপা খুদিংগীগা পকচরে । ঐসু মুল্লে । মসিমক্না পুমসুম্মক শুমহৎগ্রে হায়বহুদি নত্তে ।

ঐ নত্রবদি মাগী হুকান অসিদা কনামতা চংলকত্রে হায়বমক্তি হাকমল্লি অদুবু কয়াদি তোইদ্রে । ঐনা নোংমা ফাদোক ফাগী তৌহনা হায়, "নংগী হুকান অসি ঐ লৈবদগী মী পংচং চংত্রমাল্লে হয়েং মথৈদ লাকলরোইকো ।" মানা লুংঙাইতনা খুম্মী, "হাইমা, ওম্বোক্না পুকচেল ফৎখিত্রবা জাৎ হায়'হু ওইরেকো, মী চংলকত্রগা কৈদোই হায়বগে, অসুম ন্নারী শাবসিন্নু লুংঙায়ত্রা?" পুক্নিংদা লুংঙাইবা পোকই । পুন্সিসি লানকন্নি ।

ইবানিমক করম্বা মায়কৈদা চংশিল্লবনো থঙদে। মচিন মোপ্‌। অমা ওইবগী নকশিন্নবা মরী অদু মুৎখিগদৌরব্রা ? মহুস্নু তশেংনা থঙদে। ঐগী পুন্সিদি মফম'সিদা অস্নুম্মক লুপশিন-খিগদৌগুম তোরে হায়বসিদি ঐস্নু মশেল—মরাং ওইবা থরদি থঙই। ইচেতোম্বীগী রাথলনা করিনো ? মহুদি ঈশ্বরনা থঙলমগনি।

চানীংলবস্নু চানীংব্রবস্নু নোংমগী পানা মতপ অনি অহুমগা লোয়ননা বোরা কাংহৌদি শোয়ব্রে। ঐনা পৈশা পীগে তৌবদা মানা হায়—"করিগী পৈশানো, ঐশোন্দগী পোৎ চাববু, পুন্নমক অসিবু নংগী নব্রা ?" মানা হায়রিবহুগী অর্থ থোইনা খিজিল্লুদে। খিজিনগেস্ন থল্লুদে। হুংঙাইবদি থজিক্তুং পোকই। মাগী মাই-থোংহুদা............।

থা অনি অহুমগী মতুংদনি। য়াম্না কুইনা উন্নরুব্রে। ঐস্নু হকচাং ঙমদহনা মতম থর চৎলুব্রবনি। ঙসি থরা ঙম্নহনা ফি তনশেৎ শেংকত্তনা সাইকল ইম্থোক্তুনা চৎলুগে থোরকলে। পুক্লিংসি মতা অমা ওইনা তৌই। ইহৈ-হৈনিংদে। মাগী হুকান ময়া য়োরে। স্কুতর অমা থামহুনা লৈবা উই। পরপ পরপ থৌজিল্লি। ইচেতোম্বী মুপা অমথকা করি করিনো মুরুম মুরুম ঙাংনরি। ঐ উবদা মানা নোক্তুনা কৌরকই—নন্দ· ফম্নথোনে চৎলব্রা, করিগীনো অস্নুক থুনা, থবক লৈহৌব্রা—ঙহাক্তস্নু চং-লকখো কৈদৌবগে। ঐস্নু চংহুনা ফম্লে। ঙহাক্তুং লৈরগা মুপাহু চৎব্রে।

মুপাহু মশা পাই, মী রাংই। কুচুদি পুলৈ কুচুদগী থরা

হন্থরে—য়াম্না মুই হায়বদি নত্তে। মশা নাপ্লি। ম্না ঙাংবদা হুপী থেম্বা হৈবা শক্তানি। মশক্তি পংফ ফজবা জাৎ নত্তে হায়ববু হুপীনা পামগনবা শক্তা হায়বহ্ন থোকই।

হুপা অসি নিতিগী লাকই। লাকপা খুদিংগী ফিজোল অমমম হোংলকই। মানা মফমসিদা তত্তনা লাকপসিদা শাও-নিংবা পোকই। করিগী পোকলিবনো মহুদি খঙদে। শাওনিংবা পূন্নমক ফাজিল্লগা ঐনা নোংমা ইচেতোম্বীদা হংই, "সিদা ইতত্তত্তনা লাক্তনা নংগা হেক-হেক ন্নারী শানরিবা হুপাহ্ন কনানো?" মানা নোক্তুনা খুম্মী,—"হায়মা কনানি হায়বগে চুম্না চংজরকপনিদনা।" মমিং মথানচিংবা হংনিংবনি অহ্নবু হংলুব্রে। মানা মথা তারকই "নাগমপালদগীনি রঞ্জন কৌবনি করিগীনো অহ্নক য়াম্না চিংনরুরিববো।" চিংনবা নত্তে চুম্না হংববু কৈদৌ-বগে" ঐস্থ নোক্তুনা খুম্মী ক্বা তপ্না তপ্না মানা অমুক হায়রকই "নন্দ হয়েংদি সিনেমা য়েংলুসিদনা।" ঐনা ঙক্তমক হায় খুমদে। "কৈদৌই হায়বগে সিফাওবা য়ানিংদ্রা." মানা হায়রকই। ঐস্থ "য়েংলুসি" হায়রমলগা ক্বা মতপ অমা চারগা অহ্নম্মক থোরকলে।

মথংগী হুমিৎনি। মতম অহ্ন হুংথিল পুং ২-৩০ কাদি তারম্নগনি হায়ববু তশেংনদি খঙদ্রে ঙসিদি ইবানি সিনেমা য়েংগদৌরিবনি। চাক ঙস্তা চাথোক্লগা ইস্ত্রি তকপা ফি-রোল কাহ্ন শেংচিন্দুনা য়ুমদগী থোরক্লে। বজারদগী রিক্সা অমা ফারগা মখোয় তান্না পরপ পরপ থৌরকই। থাপ্লপনা মখোয়গী কোম্মোং

ময়াদা ইচেত্তোম্বীগা মুপা অমা লেপ্তুনা লৈরি। ঐ [illegible] ত্তৌই। হুমাং অনপ্পী কাহনা জ্ঞান মাংলকই। ............ স্কুতর মনিংদা নপতুনা মহাক থোরকই। ঐ লৈরি হায়বা ফাওবা য়েংলমদনা অব্রাং পাংনা চংথি। ঐ লেপতুনা য়েংহৌই।

# থম্মোয়গী ঈথিল

মিৎসে উইশিনবা শুকয়া য়াশল্লকত্রবদা ফুক হৌগণ্ডুনা ফয়্রে; থম্মোয়সি খোয়রাং খোয়শাওনবগুম ইহৈ হৈনদনা খাংবদা য়ারগুম্বনি; মাই-মিৎ উং উং লাওরকপদগী খাংফম খণ্ডলকত্রে, হবচাং পূল্লমক নীংণ্ডমদবগী চৈনাখোলনা শিন্থুনা ফুরকপগুম খাংবা ঙমশিল্লকত্রে, মৈথক্তা খোঙনা নেৎপগুম ফমুংদা ফমবদা ফম্বা ঙমশিল্লক্তে, কাংখল হায়দোকতুনা কুমথরগা, থোং-নাও মন.ক্তা চঙশিন্দুনা লেপলুরে। করিগীদমক লেপলুরিবনো'? ইথন্তুগী ইথন্তা হংবা য়াহংনি। পাউথুম পীবগী মচুক্তা ঐগী থম্মোয়মুংদগী থিংণ্ডমদনা খোরকপা ঈথিলত্তুনা মরাল শুক্লে লৈজত্রবা থুং অনিমক্তা ইনশিন্দুনা খণ্ডহৌদনা খোংনাওচু থোক হেক হাংদোকলুরে। ঐহাক মিত্তুগী পিরাং শিন্থরক্লে, থম্মোয় অসে থুম্নাৎলকতুনা হকচাংগী কণ্ডাওনরবা কয়াৎশিংদা পাউথাং

পীগ্রে, পুন্নমক্তু না শিনথুংনা চেল্লুরবা মতুংদা ঐগী পিতনা চোৎলবা
মিৎলুদগী শিম্থরকপা ফোং ফোং শাবা পি মতুম থরনা ময়েক
শেংনা চেম্থরকপদগী সাক্ষি ওইহনা ময়েক শেংনা উরক্লে-মিকুপ্তা
ভাব তারকই, তশেংনা খঙলে মহুনা অমুক্তা হন্না ঐবু অরা
মৈচাক্তা শাফু কন্না হনজিনবিরে। হঙাল ঙান্না উরিবা ইলেক-
ট্রিক্কী মৈঙান্দুনা থরা লাপতক হোৌরিবা থাবল্লে মরক্তগী লিৎ-
থোকতুনা ঐগী পিক্রবা থোংনাও মপাদা ময়েক শেংনা উরক্লিবহ্
হান্নদগী ঙসিনা হেন্না ময়েক শেংগ্রে, শরুক চামা হেন্না ময়েক
লাগ্রে। চোইরোলগুম্নবা রাহৈ থরা ঐগী কাংথোক্লিংগ্রবা চিন-
বান্দগী থোকখি, রাহৈহ্গী সুরহুনা ঐবু মপুং ফানা শেম্বিহনা
কপ্লক্লে, লেপ্তুনা পি চেম্থরকপনা লৈমায়দা তপ-তপ তাখি।
হান্না ময়েক শেংনা উরমবহ্ ঐগী চোৎলবা মিৎলুদা ইশাম শান্না
উরক্লে রাখন্না অতোপ্পা সংসারদা তাওখিবনা ইশাম-শান্না টরক-
লিবহ্দগী থরা থরা ময়েক শেংনা উরক্লে তশেংনা খঙলে, পিক-
তকপা উপূগী ময়োম মচা অমা পায়রহুনা য়ান্না তপ্পা ইন্দ্রজিৎ
ঐগী ইনাক তম্না থাবল্লে মথোঙ ময়াহ্দা লাক্লি, মহোশাগী
ইকায়থীবী ঐহাক্লি, অদুবু নিতিগী উন্নবদা ঐগী থম্মোয় মথুম-
মন্নাং হোৌবগী ঈপোম ঙসিদি, শিংলিদা করিগুম্বা থুদম অমত্তা
ইন্দ্র লাকপগী নাশোন ফাওহন্দে, ঐগী মিৎ অনিমক নত্তনা হক-
চাংগী মফম অমত্তসু খঙবিরুদে, অদুবু খঙসু তশেংনা খঙই,
কনানসু উররোইদবা, খঙসু খঙবিররোইদবা অহিং অসিদা ঐগী
থম্মোয়হুংদা লৈরিবা থন্নায়না থল্লিবসি কনানসু উররোই, খঙল-

য়োই, ঐ ইশামক ফাওবা, অর্থ শুনা খঙজদে অসিনি। ঐগী অহানবদা খোকখিবা চোইয়োনগী য়াহৈহুমক অমুক হন্না হায়-রক্লে "ঐধু মপোকসিমগী ইম্বোকপীরম্লবা, ঐগী মুংশিববু খাজদবা" হায়দগী হেন্না খিংঙমত্রব। পিরাংশিংহু চেম্থরক্তুনা পুমচোৎ চোৎ-পগী মথক্তা, থাংবা ঙমলক্তবনা হীক হীক কপলক্লে, খোনজেল খোরক্লে কাবা ঙমশিল্লক্তে, ঐগী য়াহৈদমক, মুংশিংনা পুখিহুনা ইন্দ্রগী নাকোংদা য়ৈক্লহুনা মহুগী পাউথাং পীরক্লে—"চিত্রা।" পাউথাংহু তাম্না অহুক্কী মতিক অমৃত্তদগী হেন্না থুমগনি, তাম্নাদগী হেনগনি, কোকিলদগী হেন্না মুংশিগনি অম্বু ঐগী ইফমদদি, হিংচা য়াইতম্বগী খোল্লাও ওইনা খোকপ্রে, য়াহৈহুতা তাবদা পঙথহুনা লৈরুরবা হকচাংগী শিংলি পূম্নমক খুদক্তুদা মৈ হোনা শাগৎলক্লে—পাথোরকতুনা থাংবা ঙমদবা ইথন্তুগী জ্বার কাথৎ-লকতুনা মিৎ-না শঙতোকতুনা য়াম্না তশেংনা থংহায় হায়দোকখি "চংবিরক্কহু, মীমুংশি খঙদবা, ঐগা নংগগী মরী করিগু লৈত্রবনি, চৎপিগ্রো চৎলো!" থুনমক ফমুংদা চেনশিন্দুনা মাই উপশিল্লগা হীক হীক মখোল খোক্তনা কপ্লে।

মপানলোমদা য়াম্না পিক্লা মখোল অমসু তারকই তশেংনা খঙলে, ইন্দ্রনা খোংনাওদা খিল্লকপনি, য়াম্না শেংফাত্তবা য়াহৈ থরম্ন খোরকই মহুমক্তী খঙদে, নিতিগী ঐঙোম্দা কৌবিবা মিজো "চিত্রা" হায়বহুদি হৌজিকী মিৎকৃপসিদগী কৌরি। অহুপকী তম্না লেপ্তুনা কৌরমলবা মতুংদগী অমুক হন্না "চিত্রা" হায়বগী খোঞ্জেলহু তাবা ফংদরে, চৎপ্রে।

ঐগী থম্মোয়নুংদা অকিবনা থল্লবা নীংবা কায়বগী ঈথক্ত, নোংকৈ নুংশিংকা লোয়ননা শাফু কল্লা হুমজিল্লকতুনা হৌশ্রব-নিকো হায়বা অমুকসু ফাওরকই, মতুনা ঐগী শাস্তি ওইগত্রা হায়রগা অরাবা হাপ্লিনবা নীংথিবা পাম্বৈ ওইররে, ঐ ঙাওরে পুমঙাও ঙাওরে।

ইথন্তা নীম্দাসু পীজরক্রে, ঐসু মতিক চারবা ইরালসু লৈরমানে............॥ "..........মুম্না থঙই মহাককুম্না নুংঙাই য়াইফবা মচা নত্তে, মহাক্তী মপা মমাগী অমত্তা ঙাইরবা মিংকী মণিনি, ঐগদি শাথিনা খেন্নখ্রে সমুদ্রগা খোংবানগগুম্বনি। অতুবু ঐগী অশেংবা নুংশিবদি মাংগ্রগ থীবা য়াররোইদবা থরায়দগীসু হেল্লবনি।" ............ মহাক্না হায়খি, 'চিত্রা নংনা ঐবু নুংশি-রবদি ঙসিমক্ চৎলসি, নঃ ঐগী নীংবা থুংননবা।" ঐহাক্না অতুপকী মতিক য়ানীংই অতুবু ঐগী লাইবক। ইমা অনাবী অশোনবী, হৌগৎ কাংথৎপা ঙমদবী মহাকপু হুঞ্জেকতুনা, ইশাগী নুংঙাইবা থিনবগীদমক্তা করম্না চৎকনি। ঐনা চৎগ্রগা অশোনবী ইমানা কনানা সেবা তৌবিনি? কনানা থাকপীগনি? কনানা... ............? ঐগী থম্মোয়দা তশেংনা লেপ্লে ইমাবু পুন্সিগী থাদোকপা ঙম্লোই, শুকঙম ঙম্লোই। সংসার অসিদা ইমা ইচা নত্তনা কনা লৈরিবগে......... থা তরা নাওপুত্নুনা পোকপীরবী ঐতগী হোৎনতুনা রাজরক্লবি ইমাবু হুনজেকতুনা ইন্দ্রগী নুংঙাই য়াইফবগী ঈপাক্তা য়াতারুরগা ঐগী নুংঙাইবা করিনো? ফরে ইন্দ্রজীত্তা হায়জরনি, "ইমাগী সেবা নোংম নিনিদং তৌজখিগে,

মরম অহুনা মতম থরদং ............।"  অহুবু ঐগী হায়জবা পূন্নমক উত্তা ঘৌ হৈজনবগুম থোক্লে ।

মহাক অতোপ্পা মুগী অমবু অহল লমম্না হায়নহুনা ওসি লুহোংগ্রে; মহাকী লুহোংবা মুমিৎনি, ঐগীনা করি ?

হে লায়রবা ! লায়রবগী চংজফম করিমত্তা লৈত্রবোইকো মুংশিবদস্সু ?

# থম্মোয়গী কাচিন্দা

ঐনা কৃষ্ণ নীঙলকপা অসি ফনদি কুইরে। হুংশিবা হায়বা অসিসু মশক মমিং হায়বা য়াদবা পোৎ অমনি। হুংশিগে হায়রগা হেক্তা হুংশিবা য়াবা নত্তে। ঐনা মহাকপু করিগী হুংশিরুবা? ব্রাহংশিনা মঙকলে। করি-গীনো থঙদে পুংহুংদা হুংশি। মীয়াবাইসু মহাকপু হুংশিথি হায়না লাইরিক্তা থেংনৈ।

নোংমগী মহুংদা অমুক অনিরক্তি নীংশিংবা শোয়ত্রে। মতমগী ব্রা নৈতে, ইথঙ থঙহৌদনা হেক্তা নীংশিংলকই। নোংমসু ইমুংদা ইথন্তা ফমলিঙৈদা নীংশিংলকখি। কাচিন কোয়াদগী কোক থোকলক্কত্রা থনবতদা পাথংলি, থম্মোয়সি ইঙাও ঙাওই। করিগীনো থঙদে পুল্লিবা ঐগী শমলাং লৌথোক্লগা

নিংথিনা অমুক পুনশিল্লী। টেবল মথক্তা লৈরিবা মিংশেল অম্ভদা য়েংই. মোমোন নোকই। নোকপা হেক লোইরগা অমুক শুকথখিবনা কুচুশি তাইকেৎ তাই। য়াম্না মুংঙাইতবা রাথল অমনা পুর্ণিমাগী থাবু খঙহৌদনা লৈ’চিন্না থুমখিবা মতৌ-গুম্নী।

ঐখোয় ইমান্নবা থন্না লৈমিন্নরমই। মতমদুদা ইখঙ খঙহৌদনা মানা ঐঙোন্দা থুৎ হুৎতুনা কোরকখি। য়াম্না হৈনীংদা য়াম্না কোইবা মঙংদা ঐনা মাগী মনাক্তা চৎলি।

শুকথবা জঙ্গল অমগী ময়াইনি। মহাক্না ঐগী মাংদ লেপলী, ঐনা খোঙগ্রাই চনভুনা কমলী। মিৎ চেজেৎ উই-শিন্দুনা খম্মোয়নুংদা মহাকপু থুরুমজরী। মিৎ পাঙাথারুকপদা মহাক লৈরমদে। থরায় রাবগা লোয়ননা ঐনা কোইচেল চেন্দুনা মহাকপু খিজখি। খঙহৌদনা ঐনা দোলাল অমদা কাখৎলগা ফজরবা ক্লোর অমদা থুংলমই। স্বর্গনি হায়না তৌই। লৈকাইগী ইমান্নবীশিংহুসু মফম অদুদা থেংনখি। খঙহৌদনা মথাদগী গুপী অমনা ঈশৈ শকশকখি। মহুগী মতুংদা মরাঙ মরাঙ তৌহুনা ময়াম অদু কাইনখি। অদুগা ঐখোয় থরতমক লৈহৌই।

ফজরবা পাৎ অমনি। লুরবা ঈশিংনা চাংজৌ মান্ননা লৈ। হিগী নাকল অনিদা মহাক্না ঐগা মাইয়োক্লনা কমই! মহাক্না হি অদু হোল্লি। ঈশিংদগী লিলশিংনা হিথক্তা কাখৎ-লকই। ঐ য়াম্না কিরমই। ঐনা কিবা উবদা মহাক্না হায়খি

করিস্নু ভৌরোই কিগম্বু, নখোয়দা কাংনা চীকপগুম্বনি।

ঙহাক লৈরগা মহাক্লা বাঁশি খোংই। অঙকপদি মহাক্লা রাধা হায়বা ময়েক অহু শুনা হায়বা ঙমখিদে। "রা" হায়না হৌরগা "ধা" হায়বা ঙমখিদে। ঐনা হংখি—করিগী রাধা হায়না খোংবা ঙমগ্রিবনো? মকস অহুদা মহাক ঈশিংনা খরা খরা থুমজিল্লকখি।

ঐ দলালগী কাচিন অমদা ইভোমতা ফমলমই। ঙহাক্ লৈরগা মহাক মফম অহুদা লাকখি। অহুগা মখুৎ হৎতুনা ঐবু কৌখি। ইবানী কা অমদা চংলমই। কাহদা ফমুং অমা লৈরম্মী। মহাক্লা মতদা হিপ্পী অহুগা ঐনা মনাক্তা ফমই। ইখহ খঙহৌদনা রূপা অমা কা অহুদা চংলকই। মানা মখুৎ লোয়হনা অমদি থুকউ থুদক কুপ্লহনা মঙোম্দা থুরূমই।

মঙ মঙলমবদগী ঐ মিৎকপ খোকলকখি ঐনা মিৎ পাংলগা খনখি—শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীমতি রাধা বৃন্দাবনগী ওইন-চাওবী রাধা। শ্রীকৃষ্ণতবু নিংজবী বৃষভানু মমোমলোয়, কৃষ্ণগী খরায়, রাধাগী খরায়। ঙসিদি অহুগুম্বা রাধাহু মহাক্কী বাঁশিগী খোম্হোক্তা হাপ্পা ঙমলমদে।

# কাইহৌরবা থম্মোয়

ঐগী পাবুঙ লৈত্রে। ঐগী হায়ববু মরাইবক থীরবী ইমা; অমত্তা ঙাইরবা ইখুরা অমুগা ঐগা পূকচেল তিন্নদবা ইন্দোন অমুতা মঙাইরে। পাবুঙনা লৈত্রবা মতুং অসিদা য়ুম্বাল-কৈবান্দা অকায়বা অহোবা ঙাক্তা ঙায়-শিল্লকলে। নোংমদি ইমাদা ঐনা তালসোনাপুরদা চৎলুগে হায়খি। ঐনা তালসোনাপুর খুলদা চৎকনি হায়বা তাবদা ইমানা য়ানিংদবা উত্তুনা হায়রকখি, "নপূক্লিং লাংলিঙৈগী মতম অসিদদি য়ুমদা লেঙদনা লৈবনা চুমই।" অমুবু ঐদি তালসোনাপুর খুলদা চৎনিংবনা থম্মোয় অসি তপথবা ঙমখিত্রে। কন্না তকশিনবদগী গতি লৈত্রবা ইমানা ঐবু তালসোনাপুরদা চৎননবা বিদায় পীরে। পাবুঙনা লৈরিঙৈদা কয়ারক হন্না তালসোনাপুরদা চৎলে। মফম অমুগী মীশিংনা ঐবু শক খঙলমই।

তোর্ব্বান্দা পিরুবা হি অমা থিহ্না ঐবু থিন্দোরকপা ইমুং মন্নুংগী মীশিংগী মফমদগী বিদায় লৌরহ্না তালসোনাপুর খুললোমদা খোঙশাল্লে। তোর্ব্বান্দগী খজিক্তুং তাম্লরুবদা অরোইবা ওইনা মথুং হাইরহ্না ময়াম্না ঐবু বিদায় পীরকই, তৌইগুম্বন্নুং ঐগী পূক্নিংদি মখোয়গা কাইনবা অহুগী অরাবনা কুপশিনবা ঙম্লমদে। তালসোনাপুর খুলদা চৎলিবনি হায়বগী রাখলদা হোল্লিবা হি অহুগী পান্দমগুম্না ঐগী পূক্নিংস্নু চেম্বরমই। জ্ঞান তাদনা মখোয়গী বিদায় অহুদা ওকপা ওইনা থুম্তি হাইরমই, অহুবু ঐগী ইমিত্তা তালসোনাপুর খুলগী মীশিংনা তরাম তরাম্না ওকপগী মথুং তিংথোক্লকপা অহুতা শংশং উরি।

থোইনা চাওদবা হি অমদা হিহোনবা হুপা অহুগা ঐগতমক তোংলম্মী, হি অহুগী মফমশিং অহু ঐগী পোৎচৈনা পিক থল্লম্মী। হি অহুনা লেপ্পা নাইদনা হোন্থরকপদা ঐনা দৃশ্য পরেং পরেং উরম্মী। মখোয় পুন্নমক তালসোনাপুরগী মুংঙাইবা রাখলদা লুপ্পগুম উরম্মী। পাক্লবা ঈশিং মথক্তা হৌরক্লিবা পিরুবা ঈথকশিং অহু তালসোনাপুর খুল তম্না চেম্ব-খিবগুম তৌরমই। তালসোনাপুর খুল তম্না পাইরিবা; উচেকশিং অহু ঐনা মিৎকুপ্তুনা য়েংলমই, মশক উরকত্রবা মতমদা ঐগী রাখলনা মখোয় পুন্নমক তালসোনাপুর খুলদা ঐবু ওক্লমগনি হায়না পুক্নিংদা নোকচরমই। ঐনা খঞ্জরমই, লৈচিলনা কুপ্লবা তালসোনাপুর খুলদা অনৌবা মঙাল অমা পুহ্না মরূপ মপাং কয়াগা লোয়নহ্না ঐনা অনৌবা য়ঃকায়রোল শরুনি।

হন্না য়েংলুবদা তালসোনাপুর খুল মাংলোমদা তরু-তরুনা লেপতুনা লৈরম্লে, হি অহুস্থু লেপগ্রে। হিহোনবা মুপা অহুদা মহাক্না পাম্লিবা শেল অহু পীরম্লগা চাওরবা তরং অহু কোকথোং নারহুনা পিক্লবা তালসোনাপুরগী লন্বী অমদা চৎলক্লে। মমাং-ঙৈদা উথিবা তালসোনাপুরগী ফজবদি মাঙবা লৈতনা অহুমক লৈরম্লি। লন্বীগী নাকন্দা লোয়াম্লম্বা খুঙ্গংগী অহল পাথং কয়ানা ঐবু মুম্না মুম্না য়েংহুনা লৈহৌই। করিগুম্বা থরা হায়-নিংবগুম তৌনা মচিন অহুস্থু লেঙম শাঙমদনা ঐঙোন্দা ওনশিন-হুনা লৈখি। মাঙদা উরিবা তালসোনাপুরগী দৃশ্য পুম্নমক অসিনা ঐবু নিংশিংলকপগুম তুমিন্না চপ চপ লেপ্তুনা ঐবু য়েংলি। ফোনানা থম্লবা তালসোনাপুরগী লবুক লমহাংনা ফাওবা থাম্না লাক্লবা মরুপপু মখুং হত্তুনা মখোয়গী খুঙ্গংদা ঐবু ওকপগুম তৌরি। ঐনা লেপ্পা লৈতনা মাংলোমদা চঙশিল্লকই।

হুমিং য়ুংলকপা মতমদা ঐ হান্না লৈরম্বা কিশোরচন্দ্রগী ময়ুমদা থুংলুরে। ইথঙ খঙহৌদনা ঐনা থুংলবা অহুদা কিশোর-চন্দ্র অমস্থুং ইমুং মহুংগী মী পুম্নমক্কী মপুক্লিংদা খজিক্তং অঙকপা পোক্লম্মী। ঐগী লৈনবা কা অমা পীরে অমস্থুং ঐনা হেক লৈনিংলিবা মথে লৈবা য়াগনি হায়না ঐঙোন্দা খঙহন্লে। মকম অহুগী নহা অহল পুম্নমক লাকতুনা মমাংঙৈগী মতৌগুম ঐগী য়ারী শাবা হোরক্লম্মী। মথংগী হুমিত্তগী হৌনা খুঙ্গংগী মীশিংগা তিন্নম্লনা মখোয়গী মরক্তা য়াওরে। য়াম্না পিক্না লৈহৌবা সরযু-বালা লৈশাবী মপুং ফারম্লে। নৌরিঙৈ মতমদি মহাক নোংমতা

খোরক্লমলে। চাক্লবা পোৎচৈশিং অহু পুরক্নুনা ইনশিল্লগা হেক্তা চৎখি। তুমিৎ খরা হৌপ্রবা মতুংদদি ইকাই হঙোইবা খরা ফক্সুকা মপান্দা হেক হেক খোরক্লুনা ঐগী ৱারী শারমই। মতম অহুদা ঐ অমস্তুং মাগী মরক্তা মশক খঙদনা থম্মোয়গী লংজা অমনা কিবগুম তৌখি। তপ্পবা ঈশিং ঈচেল অমনা ঐখোয় অনিগী থম্মোয় অসিবু থাপ্পা তুংশিবগী পম্বুংফম অমদা পুথিবগুম তৌরম্মী। মশক খঙদবা থম্মোয়গী ৱাহং কয়াগা লোয়ননা ঐখোয় অনি অমত্তা ওইনা ঈপাক অমদা হোম্বমিন্নরম্মী।

শরতকী মতমনি। হাংদোক্লিবা কাগী খোঙনাউদা অমুক অঙনবগী নামিবা তুংশিংনা লিরি হুমজিল্লক্লি। মতম অম্নিদা সরযুবালা লাকতুনা ইনাক্তা লেপলে। "করিনো?" ঐনা হংই। মহাক খুমদে। তুমিন্না লেপলে। মতম অহুদা ঐগী থম্মোয়মুংদা হোরকপা ৱাখলগী অকনবা ঈথক অহু সরযু-বালাগী মুংশিবা মায়খোঙগা অমতা ওইনা উরম্মী। ঐনা সরযুবালাগী মায়খোঙ অহু হঙংনা য়েংলগা অমুকস্থু হায়খি, করিনো? ৱাদি মরোল অমতস্থু হায়দে; তুমিন্না লেপ্পি। মীনা হংবস্থু খুমদে। সরযুবালানা মমায় লৈখোক্লগা মরু- লুকথ-রহনা তপ্পা হায়রকই, "অমুক হায়নিংঙাই করি লৈরিবগে?" ঐ খঙই, সরযুবালাগী থম্মোয়দা কেকু লোৎলিবা ৱাহৈশিং অদো। ঐনা মখা তাখি, "সরযু নহাক্লদি খাজরমজবদি য়াই অহবু ঐনা নংবু তুংশিবদি থম্মোয়গী অতৈ তুংশিবা পুক্ল-মক্লগী হেক্লি হায়বসে।" সরযুনা অমুক্তং তুংশাম্বর ফুইনা

হোল্লক্লম্মী। ঐগী রাহৈ থোইনা হায়নিংঙাই লৈরমদে। মহাকপু ঙুংশি হায়না ফোঙদোকপা নৎতনা।

মতুংগী পুন্সিদি ঐনা মাবু কয়ামুক ঙুংশিবিবা হায়বা অতুগী মথক্তা লৈরমই। অতুগা ঐহাক ঙহাক্তুং রাখলগী মঙলান্দা তাওতুনা লৈখি। ঙুমিংকী মৈশানা থোঙনাউদা লিং-শিল্লক্তুনা ঐগী মিত্তা হেক য়েরকপদা ঐগী মঙ মঙলম্বা রাখল অহু খঙহৌদনা মাঙখ্রে। ঐনা হন্না য়েংথোরকপদা সরযুবালাদি ইনাক্তা লৈরমদরে। করম্বা মতমদা মহাক ইনাক্তুগী চৎখিবা করি অমত্তা নিঙশিংবা ঙমখিদ্রে। ঐনা থোঙনাউলোমদা য়েং-থোক্লমই। নুরবা ঈনায়দা থক্নো থম্বালনা মালংগী তাম্বা মরক্তা হাইনা হন্না জগোই শারি।

লোইদাম থাবুম কয়া হো গ্র; রাখল কয়াসু তাওথখ্রে। মতমগী ঈচেন্না লেপ্তবগুম ঐগী পুন্সিগী ঈচেনসু লেপ্পা লৈত্তনা চেন্থক্লি। ঙরাং পোম্লম্বা লৈরাংনা নোংশাল্লকপদা লৈকা ফন্না শাংলম্মী, ওসি শাংলিবা লৈরাং ঙুমিদাংরাইরম য়োৌরকপদা লৈথোক্তুগী কেন্দুনা মাঙখি। অতুবু ঐগী থম্মোয় মন্দির অচিকপদা ময়েক লানা তাপ্রবা সরযুগী ঙুংশিবতুদি তমখিরবা ঈথক ঈরৈনা কৈদৌঙৈদসু হোংহনবা ঙমলোই। নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা ঐ অমসুং সরযুগী অরোনবা ঈচেল অসি ইমুং মসুংগী নাকোঙ য়োৌরক্লে। পাউ অসি তাবদা শাওবনা লুত্তোন কারবা কিশোরচন্দ্রনা ঐবু অখিবা রাহৈ কয়া হায়রে অমসুং

য়ুম অহ্ থাদোকতুনা চৎননবা হায়রে । ঐনা মাগী মথোঙদা ঙাকপীয়ু হায়না তুজখি । অহ্ববু............ ।

অরোইবা বিদায়গী মতম্মি । সরযুনা ঐবু অচিকপদা কৌথোক্লগা হায়রকই, "মফম অহ্দা লৈরবসু ঐবু কাওথোক-পীগনু, ঐসু ননাইগুপী চামাগী মহুংদা ননাইনুপী অমনি হায়না থনবিয়ু ।" সরযুগী মমিৎ অনিহ্ পিনা থল্লক্লমই । ঐনা হায়খি সবযু করিগীদমক কপ্লিবনো ? অরোইবা বিদায়গী মতম অসিদা নঙগী মোমোন নোকপা মায়থোং অহ্ উহল্লরোইদরা......... ? ল্লাহৈ অসি হায়বা লোয়ফাব্রিৈঙেদা সরযুগী মপানা 'উহনগনি' অসি হায়বহনা সরযু তম্না চৈ হায়থরকই । ঙকচাম্নরিঙেদা ঐহাক হায়থয়ক্লিবা চৈ অহ্ থাম্বা ঙমহৌব্রে । ঈনা পুঙাং ঙাংলবা সরযুবালাবু উবদা ঐনা কম্না লাওখি, "করিনো তৌরিবা মতৌ অসিদি ।" ঐনা সরযুবালাগী মনাক্ত চঙ-শিল্লমই । সরযু তপ্পা মমিৎ পাংথোরকই । মমিৎ অহ্না লৈনা অমুক্তং য়েংলকই, অহ্গা তপ্পা হায়রকই— "ঐবু ল্লারোগনু ।" ল্লাহৈ থরসি হায়রম্লগা সরযুবালা তপ্পা মমিৎ উইশিনথরে । অশাওবনা মাংওইনখিবনা ল্লাথল থম্বা ঙমহৌব্রবা কিশোর-চন্দ্রনা থম্মোয় কায়না লাওরকই, সরযু সরযু । লাক্লিবা তালসোনাপুরগী মী পুন্নমক মমিৎতগী মপি তৈথোক তৈথোক্লা তুমিন তুমিন লেপলি । ঐসু মিৎ অসি চেজেৎ উইশিন্দুনা থাংলমই । অহ্গা ঐনা মিৎ প্যাংথোরকপা মতমদদি অঙৌবা

ফি অমনা সরয়ুবালাগী থরায় য়াওব্রবা হকচাং পোলাং অছু কুপশিন্দুনা লৈরমলে। কিশোরচন্দ্রগী রাম্বরবা হকচাং অছু মী থরনা ইমুংদা পুশিনখরে। ঐনা তশেংনা খঙজরকই, মাইগৈ থুংনা শন্দোক্লবা অমুবা নোংনা ঐগী হুণ্ডাইবগী হুমিং অছু কুপশিন্দুনা থমখ্রে। থানা চপয়ুংনা থোক্লবস্ম ঐগী পুন্সিগী থাবলদি অমুক হন্না থোক্লরোই। ঐগী মাংদা তাহনা লৈরি অঙৌবা য়ুথল মরুমদা সরয়ুগী হকচাং পোলাং, ঐনা লোম্না য়েংলম্মী—অন্নাবগী দৃশ্যশিং অছু পিরাংলক্তা কায়হৌরবা থম্মোয়না। সরয়ুনা ঐগী পুন্সি অসিদা কোক্লরোইদবা মৈচাক অছু থনমহনা চৎখ্রে। ঐগী ইভৌ উরগা তালসোনাপুর খুলগী মীশিংনা ঙক্না ঐঙোন্দা য়েংহনা লৈরি। মথোর খুদিংগী মিৎনা পুক্লিংগী রাহৈ কয়াবু ফোংদোক্লবগুম তৌরি। হন্না য়েংথোরকপদদি সরয়ুগী মমানা মমিত্তা মপি ভৈথোক ভৈথোক্লা ঐগী ভুংদা লেপ্তুনা লৈরমলে।

# থুঙ্গংগী নৈরাং

য়াচংবা মতমনি। মুৎশি মুৎশিবা থাবলনি।

লম্ফেল পাৎনি। মীনিল তাত্রবা লমহাংনি। পাৎয়ায়দগী থুনয়ারোমদা থরা নকশিল্লক্লে। মুপী অমা মমাঙদা শীঙ কোক-থোঙ অমা য়ুংথৎলহুনা চিন্তা তৌহুনা ফম্লমই।

কাংশি শেম্বুং মাঙ্গংগী খোঞ্জেলনা অরাপ-অরাপ্পা মফম-দগী তারক্লি। মুংশিংনা পুরক্তনা খঙহৌদনা মাইকী খোঞ্জেল অমস্তু তারক্লি—"পথর কে ভগৱান, তু হৈ কহাঁ.........।"

মুৎশি মুৎশিবা থাবলদা কনাগুম্বা অমনা ফমত্থনা লৈবা উবদা ঐগী ভুংইনবা 'মোতি' না গৌ গৌ খোংই। ঐগী ইমাঙ থাহুনা খোংনা খোংনা মায়গৈ অদোমদা হোৎচিনখ্রে।

ঐখোয়বু উবদা মুপী অহু ফম্লম্বদগী তফিং তফিং হৌগৎ-হুনা শীঙ কোকথোং অহু হাথু হাথু থোনগৎপা লাকর্নখি।

হন্না হন্না মপাঙল লৈজবা ফুদোকতুনা হোৎনবদা ঙমদ্রহুনা অশাওবগা লোয়ননা কোকথোং অহু লৈমায়'থক্তা শাফু কম্না থাদখি। মন্নাল লৈত্রবা শীঙজাশিংনা প্রেক প্রেক হায়বা খোঞ্জেলগা লোয়ননা অরাবা কোঙদোকখি। অঙকপদি! শীঙ অহু থাদরগা মথোঙ-মখুৎ শিং-তিংথোকতুনা "হিক হিক" হায়না মখোল থোক্লা কপখি।

ঐনা খনখি, মী হায়বসে কল্লক চাউইদকো। পুনিংবনা হাকমন্দুনা ঙম্বমখে হাপচিন্দুনা থোনগৎপা য়োনা ঙমগ্রেসে। মতিক মপা চায় চাদে হায়বগী রাখলদি তৌগ্রগা মরাল লৈতবা শীঙদা শাওজবা শারি।

অহানবদা ঐ খরা নোক্লিংখি। কুইদে। অঙাংনা ওইনহুনা ঙংবগুম, নৌরবা খোঞ্জেল অমনা কপ্পগী মখোল মায়গৈ অদোমদগী তারকখি। পাক্লবা লঙ্কাংগী মত্তৌ অমা ওইনা ফজবা, থোরকপদা ভাইরিবা থাগী তরং তরংবা মশেক্লা লাঙ্গোল চীংদোন্দা য়ৈরকপা. সঙ্ক্যাগী হুংশিবা মতম, লাপনা তারিবা সঙ্ক্যার্তীগী খোঞ্জেল মুংলি মুংলিবা মঙাল; মীচিক মীরাওখোল তাত্রবা লঙ্কাং! অসিগুম্বা মতম'সিদা হিক নৌরবা মীকপখোল অহু হেক তাবদা ঐ খঙহোদনা তুজুংখি! পুক্লিং থোক ওনবগুম তৌই! ইনৌ নৌই।

শীঙ কোকথোং অহু থোনবিগে নত্রগা মহাক্লা য়ারবদি ময়ুম য়োনা খিনবিগে, রারহুনা ময়ুম য়োবা ঙমদ্রহুনা পোথা-

রিবনি, হকচাংগী পাঙ্গল শোনবী ওইহুনা লাকমিন্নবা মরুপ মপীক্লাশিংনা মাঙ থাগৎপ্রবনি, রাখল অসি তৌনা তৌনা থূনমক মহাক্না ফম্লিবা মায়গৈ অদোমদা ঐ চঙশিল্লমই।

ঐনা মাগী মনাক য়োবমক্তদ', মনাক্তা হন্দোকতুনা লৈমায়দা শন্দোকনা তারিবা ক্ষি অহু পাক লৌহুনা মশা পুন্নমক চেৎনা য়োমশিনখি মশম পুল্লমদে অস্মুপকী মতিক ফাগ্রে, মমায় মচেৎ থরতমক উবা ফংখি মশা অহু অস্তক্কী ম'তিক চোকথনা উথি, ফম্বা য়োনা ঙমদবগুম তৌখি। ঐবু হাইক্কেৎ য়েংলগা অকিবা মতৌগুম, মশা অহু তাশিল থোম-জিল্লি, কিথি-কিরুম তৌই।

থরা ঙকতক তে'না ঐনা হংখি—"ইবেম্মা! রারবরা? থোনগৎপা ঙমত্রবরা? করিগী অহক য়াম্নদি পুরি?"

ঐগী রাহৈ তারগা মহাক থরা হুংঙাইনা উই। মপূক্লিং থরা কোমগুম তৌই। হুংশাম্বর থিংগৎলম্বগুম মথোল থোক্না শাংনা হোন্দোরকখি।

"ইচন নত্রবদি শীঙজনবীনবা কনাস্থ লৈত্রা?" ঐগী রাহং তারগা থাঙবা ঙমদবা, পূক্লিং হুংশিবগুম তৌমাল্লে। "ইমা অশোনবী........." হায়না হৌরগা রা ঙাংথোকপা ঙম-দনা মপূক্লিং হুংশিনা হিক-হিক কপথোকখ্রে। করিগীনো মানা অস্থক পূক্কৌ-পারোনা কপলিবা? নিংবা কায়না হৌজিক ফাওবা পাৎয়াই'সিদা ফম্লিবা? ঐ ঙকখি!

মুপী। ( ভাইহাক তুমিন্না লৈরুরগা ) কনা লৈতবনি, উশিত্তহুনা ........ ।

অমুকন্ত মমায় থুমন্থনা থিংবা ওমদনা কপ্পা হৌরক্লে! মাগী ইল্লিবা কি অহু থরা নাম্বহুনা তাথি। ঐনা উথি—মাগী ফুরিৎ অন্ত শেগায়রে। য়াম্না ইকায়না ফি অহ লৌথৎতুনা মকম মরাং থঙদনা ইনশিনবা লাক্লে।

মাগী নিংবা কায়বগী মতৌ—মশম-মনা ইফা-ফাবা. চোক-থরবা শকফম, মপূক্লিং হুংশিবা রাঙাং পূম্নমক অসিনা করিগুম্বা অমা ঐগী থম্মোয়দা থংনিঙ-নীংশিংহল্লকপগুম তৌথি। ঐনা খুনয়াদা থোরকপা মতমদা মী থরা হুংশা ফী-ফী হোনহনা তুং হম্না হম্না য়েংহনা চেনথৎথিবা অহু থংনিঙ-নীংশিংলক্লমই মমহনা লৈরম্বা পূক্লিংদা রাথলগী মঙাল অমা ফাওরকথি। থৌদোক অহু রাথলনা লাম্বা ফংথি। খঙহৌদনা ঐনা মঙোম্দা হংথি— "কনানা ইচনবু উশিং-থঙইদবা য়াওবগে?" মহাক তুমিন্না লৈবা ওমখিদ্রে ।

থাঙবা ওমদনা মথরায় শোক্লা মথোল থোকনা হীক-হীক কপলক্লে।

ঐসু থাঙবা ওম্নমদে। মুপী অসিগী থোঙ্গেলনা ঐগী থম্মোয়বুদি লায়না মহী চেলহনবা ওমই; অহুগা মথোয়গী থম্মোয়বুদি শাহনবা য়ৌনা কাহনবা ওমদবোই!

শীঙ কোকথোং অহু ঐনা পুহুনা, মহাক্লা মাঙ থাহুনা খুনয়া তমনা চৎলক্লে। ঐনা থল্লি ঐমক্লা পুবদা শীঙসি লুম্না

থোক্লে। মানা কর়্ম়া পুবা ঙম্লিবা ? কনবনরা ? নত্তে। মরীংজেম্মা পুবনি। হকচাংগী পাঙ্গল শোনবী হুপীনি। চৎনা চৎনা ঐনা মঙোন্দা হংখি—"ইবেম্মা, নংবু কনামতা লাকমিন্নদ্রা ?

হুপী। (মপী তৈথোকভুনা) ময়াম লাকমিন্নবনি। ঙসিদি শীঙ খরা য়ামথোকখরে। লুম্বনা লরাই'সি কায়খিগদবগুম্লে। খোঙ থাংবা থোকখিদ্রে। ঙাইহাক্তা হমাং হন্দোকখিগে খন্দুনা থাবনি। লাকমিন্নবশিংস্তু 'লাও লাও' হায়ত্থুনা চৎখৎনখি। মখোয়স্তু রাবনা ঐবু হম্না য়েংবা ঙমখিদে। রামনবনা মখোয়না থাপখিবগী রাখল তৌরুদে।

রাহৈশিংসি হায়রগা হিক-হিক অমুক কপখি। মপুক্লং হুংশিখরমাল্লে।

"ইবেম্মা! থোখরবা হায়ত্থনি। অহৃগা ইবেম্মা, অচুম্বা ঙাক্তা হায়রবস্তু সংসারদা মীওইবনা হিংত্থুনা পানবা ঙমদে। মী হায়বসি লুবনি নং-ঐনা তম্বদি খরতনি, মীনা থাজবনা হেন-বনি।" ঐনা হায়খি।

খুনয়া য়োঁশিল্লক্লে। অঙাং-হুবী কপ্পগী মখোল তারক্লে। ঙাংনা ঙাংনা চৎপনা হুপীমচা অহৃগী ময়ুম য়োঁবা খঙহৌদে।

হহুবী অমনা পোদোন অমা মমাংদা থাম্দুনা শুমাং মচা অমদা ফম্লমই। ঐখোয়বু উবমক্তদা, হহুবী অহুনা হৌগৎত্থুনা লাপলিঙৈদগী হোনা 'রাধা' হায়না অরাবা খোনফম্না কৌরকখি।

হুপীমচা অহংগী মমা ওইরমাল্লে। মমাগী খোঞ্জেল হেক তাবদা লৈশাবী অহংনা পরপ পরপ চেনশিন্দুনা থাংজমদনা মখোল থোক্লা কপথি। ঐস্নু শীঙ অহং ঙমাংদা থাদরগা ঙাইহাক ঙকচানহংনা লেপলমলগা অহুমক থোরক্লে।

য়ুম য়োরবা ফাওবা হুপীমচা অহংগী 'ইমা'! হায়বা শোক্লা কৌবা খোঞ্জেল অহং ঐগী নাকোংদা অতংপা লৈতনা তাখি।

# লাইয়ুম থক্তা গায়ত্রং খোঙমী

মী থরগী মফমদা অনৌবা রাখল অমা পোকহল্লবস্ন নত্রগা বসন্তগী মেঙলবা হৈনম, লৈনম লোয়নরবা হুংশিং ওইরবস্ু থম্মোয় অমখক্তি লৌখৎপা য়াত্রব মিংশেনগুম পুমক্তোয় তোয়না থুগাচবিরে ।

ইনথৎলক্লিবী, হকচাংগী কায়াৎ খুদিংদা ঈথক ঈপোম হোরবী; য়েংলুবা মফম খুদিংনা হুংশিবগী মমি তারবী কগুয়শুলু রোংমৈ; অমনবা য়ুমদা অনৌবা খুৎশেম্না অহনবা শারিবা ইমুংগী কা অমদা মথন্ত হীক হীক কপ্লহুনা ফম্লী । কপ্পা মখৈ কপ্লম্নগা কনানস্নু থেমলুদনা মথন্ত তুমিন লেপখ্রে । রোংমৈনা ইমুং অহুদগী মফম খুদিংমক লৈ লৈহুনা য়েংলক্লে । মহাক্না উরিবা অহুগা উরুবা খুদিংমক লৌনম্বগী শক্তমঙাক অহুবু থিনা মল্লবা লৈকাং ঙসি ঙরাংত নৌনা শুহু

হাংগী মচু অহু তশেংনা অয়েং-অহোবা কল্লাংহবু অচোৎপা লৈ ওইরমাল্লে ইমক মকশিল্লহুনা থোকহনবা ঙমদ্রে, চোৎতুনা লিবা লাই থরহু অয়াম্বনা মৈথু থরনা থা থাগী হুমিৎ মশিং চিথহোত্নুনা লৈহোবা ওইরমাল্লে ইংশোক য়েংলুবদা হোজিকদি চুম্নত্রে ! চহি ৪।৫ মমাংগীনি লুহোংবগী অউনপোৎশিং য়েংলুরবস্ু অমনবা লুবাক-তাবু থরহু নত্তনা অতৈ করিগু উদে ।

অনৌবা হায়ববু মহাক্কী লুথুম ওইরপনা মথোং চাত্রবা নোংচুপ-লোমগী ইকায় খঙদবী মুপাগী শক্তম য়েকপা অহুমতনি। পুম্নমক য়েংলুরগা রো মৈনা মথন্তু খল্লি—"ঐ অসি ঙসি লুহোং-লবনীকো ! য়ুম অসিদা পুন্সি চুপনা লৈগদৌরবনিকো ?" রাখল খবসিগা ঈরোয়ননা হৌগ্রবা থোদোকশিং অহুম মহাক্কী মমাংদা মথং মনাও কায়দনা লেংবা হোরক্লে !

কণ্ডয়গুলু রোংমৈনা মহাক্কী পুন্সিবু অসিগুম্বা মতমগা চুনত্রবা চৎনবীগী কল্লবা থোরী অসিনা নাম্বোকপা ঙয়বোংদবা মওংদা পুনশিনবিথিগনি হায়বগী মহাক্কী মচেয়া মতৈগী ময়ুমদা লৈথিদবা মুমিৎ অহুদগী খনবা হৌগ্রবনি। কবুইগী চৎনবীদমু অসিগুম্বা লম্বী কযা লৈরি মহুদি নিঙোলশিংনা মহাক্কী মচে মচলশিং লুহোংলবা মতুংদা শিংথরবদি মহুগী অহাংবা তাংবল খহ লুহোংত্রিবা নিঙোলশিংনা মেনশিন্দুনা চৎনবী ঙাক্কদবনি। অসিগুম্না মুপাদমু ময়াম্বা মনাও মুপানা লোরম্বা মুপাশিংনা বরিগুম্বা লুগ্রা ওইহোরবদি লৈহোরিবা মচিন মনাওশিংনা য়েংশিন্নৈ, লোনৈ। চৎনবী অসি মীপুম খুদিংনা ঙাক্কবমু নত্রগা কবুই হায়বা জাতি অসিগী মীপুম খুদিংনা চৎনত্রবমু অয়াম্বদি চংনবী অসিগী মহুংদা লৈ। চৎনবী অসি হৌজিক্কী মতমগা চুনবা রাৎলে হায়হুনা খন্নবশিং অংগী মহুংদা কণ্ডয়গুলু রোংমৈমু অমনি। মচে লৈথিদবা চহিমকপু ওনত্রিঙৈদা মমা মপানা মহাকপু থাজরকথি। লুহোংবগী

মুমিৎ কয়ারক হন্না লেপনরবস্ম রোংমৈগী চক্রিদগী হন্না হন্না মৈয়েথোক্লরবা মতুংদা ঙসিদি হেনক্কত্রবা মুমিৎ অমু ওইখ্রে। মহাক লুহোংলে।

রাকমশিং অসিগা মরী লৈননা রোংমৈগী নৌরিবা পুন্সি মচিন অসিদা থেংনখিবা মুংশি মুংঙোলগী থৌদোকশিং অমুবুদি মহাক্না ঙসি রাখল অমুগীদমক মুঙনাংলুবা অরেম্বনি।

রাখলশিং অসিনা অথোবা তাশোল ওইরম্বনা থম্মোয়দা থূমনা লেংশিনগ্রবী রোংমৈ নুংগী অশাবা মুম্বিগুমম্বনা লৈরি। মতম অসি গায়নেন পালমৈ লুহোংবা মুমিৎকী মথুম মরাং হৌরবা অহিং অমদা মরূপ মপাংশিং থিন্দোকলুরগা লুহোংবগী লৈহী চেল্লবা অকিং অমু-তবু মীতাম্বনা ইমু'লোমদা চংলক্লে। পালমৈনা মোমোন নোক্লম্বনা পুক্লিং য়াম্না মুংঙাইবগা লোয়ননা রোংমৈবু মিৎচিনা হাইফেৎ য়েংলকই। মো অনৌবীনা মুপা ময়ুমদা নীংবকায়-বগী শক্তম উৎপসি লুহোংবা মুমিৎকীদি মহৌশানি রাকম অসিদা গায়নেননা রাখলগী দলান শাগত্তুনা মফি মরোল হোং-দোকলুরগা রোংমৈগী নাক্তা চঙলকই।

কগুরগুলু রোংমৈম্ব ঙসাই মথে কপ্পা তোকলুরবনি অমুবু হৌজিক অমুক কপনিংবগুম তৌরকই অমবু কপ্পদি য়াখিদ্রে। অতোপ্পা ফৈরেননা রাখল অমুক চৎখরে। মশা পুম্বা শাগৎলক্লে। মমিৎ অনি অমু ঈগুন্না

ঙাংখৎলক্লে। লাইবক চিরায় অহ্নগা নাতোন নাক'চদা ঙমাং মরিক মরিক কাখৎলকলে। মনাক্তা ফম্লরিবা পালমৈদা শংত্রিক য়েংলমলগা মশা অহ্ন মাইকৈ অমরোমদা লৈথোকখ্রে। মহাক্না মতৌ অহ্নদা গায়নেন পালমৈনা থেমজবা ওইনা হায়রকই “নঙবু করিমতা চা থকলরোইদ্রা? য়ামদ্রবসু খজিক্তংদি চাও, নশা শোক্তনবা।”

গায়নেনগী রাহৈহ্নদা রোংমৈ হোয়সু হায়দে, মায়শু হায়দে তুমিন অহ্নম লৈ পালমৈদা হায়বা য়াবা কয়া চাং য়েংখরে। মহ্ননা রোংমৈবু খজিক্ত-ফাওবা লেঙহনবা ঙমখিদ্রে। মমৈদদি পালমৈ শাওরং লেঙহনবা হায়রকই—”নঙনা অহ্ন য়ৌনা য়ানিংদ্রবদি করিগী অহন লমনগী রাহৈ 'ঙাক্ত্না ঐখোয়গী চৎনবী ঙাকলিবনো? লুহোংলম-দনা নঙগী নীংব থুংলমলোইদ্রা? অহ্নগা নঙবু নমহ্ননা ফাব্রা? মসিবু ঐগী ইরালনা? করিগী থম্মোয় কল্লিবনো?

ঙসাইমখৈ রাহৈ অমতা ঙাংলমদ্রবী কগুয়শুলুহ্ন হন্দক্তি মমাই লোংখৎলক্লহ্ননা গায়নেনদা শংত্রিক য়েংলহ্ননা মৈরিগা ঈরোয়নবা খোনফমদা হায়বকই- 'করিগীনো রাফম অদ ঐঙোম্দা লৌনমদনা অমুক হায়রক্লিবা? ঐ ইচেনা হেক লৈখিদবগা রাফমসি থোক্লকুনী খঙজদনা ইমাদা হায়খিবা নত্রা? অহ্নতসু নত্তনা চৎনবী অসি থাদেকনবা নশামকসু খঙহনখিবা নত্রা? ইসঃ মহ্ন পুম্নমক নমথাক তৌদনা করিমতা খঙদনা শাশিন্নরিবা কয়ারকনো লুহোংবগী হুমিৎ য়ৈথোকনবা

কাওরবরা ? হেঃ হেঃ নুপী মচানী হায়দুনা পঙহায় হায়বা য়াগনি খল্লিবা ?'

"নত্তেনে, নঙবু শাওগৎখিদু হায়মী ।" গায়নেননা রোংমৈগী রাহৈ মরক থত্তুনা হায়রকই মহুনা নেমজবা যাবা নুপীদি নংলমদয়ে মহাক্কী রাহৈ অদুগী মথং মনাও মখা চৎথরকই 'ঐবু থম্মোয় পান্দবিরা ? নুংশিবা খঙদবিরা ? নথৌ পাংথোকপা লোইরগা নখুৎ চল্লে হায়দনা ত্তৌনিংবা পগত্তৌ ত্তৈবদি ঐগীসু থম্মোয় পাল্লী, শিংলিদা ঈ চেল্লী, শিবসী থোইনা পংলু লুবা রাকম নত্তে খঙজিনবিয়ু !"

হন্দক্তি পালমৈদু নুংশাথিবা পোকলে । রোংমৈগী রাহৈ অদুদা চিংনিঙাই ওইবা কয়া য়াওখ্রে । খম্দবা ঙমদগ্রদুনা ঙহাক তুমিন লৈরুরগা তপ্প তপনা অমুক হায়রকই 'কগুয়গুলু ! নংনা হায়বা চুম্মী, ঐহাক নঙগী নপুক্কিংনা য়ানিংদে হায়বা খঙই । অদুবু য়েংঙু মাইকৈ কুয়াদা নঙ ঐগী খুদোংথিবা লৈরিবসে । মসি নঙনসু খরদং খন্থরম্লবদি হেক্তা খঙবা ঙম্মী । নচেনা হন্দোক্লম্বা অঙাং অনি অসিবু য়েংশিনবিনবা কনা লৈরিবগে ? হোয়, তৌবগীদি নঙ নগ্রবসু অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংলুরা য়াদবদি নত্তে । অদুবু কগুয়গুনু ! অতোপ্পা নুপী অদুনা অঙাংশিং অসিদা থমগদবা রাখল অদুদগী পোকমিল্লবী নচেনা হন্দোক্লম্লবী নচা অসিবু নহাক্লা খরগী মথৈদি হেন্না নুংশিবিফম থোকই হায়না খন্নদুনা মাইকৈ অনিমক্লা য়ানরগা ঐ নঙগী লুহোংবসি ঙসি পাং

থোকলিবনী। নওগী ননিং তমল্লবী থম্মোয় অহুবু ঐনা নমহুনা খুদম চনবগীদি ইতিক নত্তে।

ব্লাহৈ থরসি হায়রব্লগা গায়নেন রো·মৈগী মনাক্তুগী চৎথ্রে, অহুগা মাগী হিপফমদা চত্থ্রে। মিকুপ্ থরগী মতুংদা কওয়শুলু রোংমৈ থোঞ্জেল থোক্লা হিক হিক কপ্লকই। অহুবু লুহোংবা হুমিৎকী থংনহা অয়ুক অহবু লৈচিল নোংফায় থাংদবা খোয়হী চেনবা অয়ুক অমা ওইসনু।

# ঙাইহাক্কী পূন্সি

ইফালদগী থৌবাল ফাওবা চৎপা লম্বানি। পিক্লবা বস অসি মীনা পিক থল্লে। অহুবু বস কন্দক্তরনা অথাকপা লৈতনা মী হাপচিল্লি। চিনবনা সুংশা স্বর হোনবা ঙমদ্রে। তোংলিবা মীশিংনা ঙাংনৈ "মীবু মী ওইনা উদ্রে, পৈশা ৫০।৪০ ওইনা খল্লমাল্লে।" কন্দক্তরনা থওইনা ভাবিদে। মৌনহা অমগা মচানুপী অমগা কাখৎলকই "কদায় য়োবনো?" 'থৌবাল'। 'পৈশা ৫০।৫০' লুপা অমা পিশিল্লি। 'মাংদা চংশিল্লু সিত্ত লৈবনি।' মৌনহা অহু মাংদা তপ্পা তপনা চংশিল্লকই। অহুবু গাড়ী অহুগী ময়ায় য়োরকপদা চপ লেপথোকখ্রে।

কন্দক্তরনা লাওরকই, 'মাংদা চংশিল্লু অহাংবা লৈবনি' মৌনহা অহু থওইনা ভাবিদ্রে। মচানুপী অহুনা মমাগী ফিজি পায়হুনা লেপলি। ইমা! সিদা ফমসি" সিত অহাঙবা অহুদা খুদোম্বী থিল্লম্মী। মমানা 'সিদ সুম লেপ্পু' আনোক উপ্পা ভদ্রলোক অমগী মনাক্তা ফজরবা সিত অমদি হাঙহুনা লৈরি। ভদ্রলোক অহুনা মৌনহা অহুবু মুন্না য়েংলি। য়াম্না খঙনবা মওংসু মাল্লি অহুবু

মহাত্মা মৌনহা অহুবু কৌশিনবদি ওমদে। সিত অহু মহাত্মা খর য়ামনা হাওহনবগী মওংদি তৌরে। মৌনহা অহুদি ওনখিবা মায়ওন অহুদগী হোংদনা ভুমিন্না লেপলি। খরা চৎলগা পুলিস খরনা বস অহু থাম্লি। পেসেঞ্জরশিংনা রারী শাই, "পৈশা খোমজিনবা ওইরিগনি।" লম্লোনবী মুপী অমনা "ঘাট কমলিবনি, পীদব য়াত্রাদো মুমিৎ খুদিংগী পীরিবনি" অমনা "পুলিসকী ঘাট অসিদি মকম য়ামগ্রে, অকা অকুমনি।" অসুমনা রা রা নোকই। অহুবু মৌনহা অহুগা আনো* উপ্পা বাবু অহুগদি ময়ামগী নোকপা রারী শাবা য়াওরমদে! উনরুবগীসু কাম্নব্রবা, উত্রগসু উনিংবা, ইরাংদা লাংতক্লবা রাখল অমনা মশা পূমনমক লেং লেং চৎপগুম তৌগ্রে।

বাবু অহুনা য়াম্না হায়নিংবা রা-রোবা অমগা লোয়ননা মৌনহা অহুদা হায়রকই, "নংগী নচা অহু কাওবা ঐগী ইনাক্তা কমহননিংত্রা? রাওাং অহু ;তাবদা মুপী অহুগী মশা অহ তনিক তনিকই। ইকাই মুংশি য়াম্নবা চৈকু অমনা মাগী মকোক অহুদা শাফু কম্না থাবগুম তৌগ্রে। মখুৎ অনিনা মচাগী মরেংবান অহুবু কম্না নোইবগুম তৌরম্মী। মমাগী মতৌ অহু উবদা মচামুপী অহুম্ন ওকগ্রে। মমাদা হঙ্গৎনা য়েংজৈ। অসিগুম্বা মরক অসিদা বস কন্দক্তরনা লাওরক্লুই, "থানা লৈরে, নোম্বরীয়ু, নোম্বরীয়ু। লেপলম্বা পেসেঞ্জরশিংহু য়াম্না চিন্না-চিন্না কমথরকই। ওইনা চাওবী মৌ-নহা অহুসু খওহোদনা কমথরকপদা মহাক্কী ইনফি অহুনা বাবু

অহুগী মকোক্তা খুমঙ্ঘিল্লুরে। বাবু অহনস্থ মচাহ্নপী অহবু “মেম্মা! সিদা ফমসিলাও” হায়হুনা মতম্বাক্তা পম্মী! অহুগা হুংশিনা হংলকই “নংদি নমানা লুনা তৌবিদ্রা? নমিংদি করি কৌই?” অঙাং অহুনা করিস্থ খুমদে, মহাক্লা মমাদা অমুক য়েংই, হুপা অহুদা অমুক য়েংই। মমাহ্ন পাউখুম পীদনা বাবু অহুগী মনাক্তা ফমথহনা লৈশ্রে। হুপা অহুনা হায়রকই, “অস্থমনা উন্নরকনি থাজরমদে।”

মৌনহা অহস্থ য়ামনা কোংদোক-নিংবা অমগা লোয়ননা “বাবুগী হুঙাই য়াইফবা পুন্সিদা ঐনা খরা য়েংশ্রে অহুগীরা?” চিনবান অহু তনিক তনিকনা রাহৈ খরসে হায়দোকশ্রে। বাবু অহুনা মাগী আনোক অহু লৌ-থোক্তুনা মৌ অহুদা মুম্না য়েংখি। মহৌশা মহাক্কী ওইরম্বী নয়নীনি। চহি তরেৎলোমগী মতুংদা ঙসি উনবা অসিনা অহান-বনি। নয়নীনা পামজবা লৈ মচুগী ফিহুপ অহু ঙসিস্থ ইল্লি। মহাক্লা লৈবিথিবা লৈ মচুগী ফিহুপ অহুমকলা হায়নস্থ হুংঙাইজে। অস্থন্না মহাক্কী থম্মোয় অহু মতম অমগী হুংঙাইবা রারী কয়ানা ইথল থল্লহনা নয়নীগী মায়থোং অহু য়েংজরহনা ঙাহাক্তং পোথাজখি। মতম অসিদা বস কন্দক্তরনা লাওরকই, “ময়াম পুমনমক লেপ্পীবস্থ য়ারগনি, থানা হেন্দোকশে।

নয়নীদি হন্দক্তি লেপখিজ্রে। বাবু অহুগী মনাক্তা তুমিন্না ফমথহনা লৈরে। বাবু অহু অতৈ কনাস্থ নত্তে। মহাক্লা মপুরোইবা ওইরম্বা বীরেন্নি। নহা

ওইরিবৈদা তাওমিন্নথিবা ন্নান্নী নতেক, মতেক নিংশিংলক্তুনা য়েংনিংবা পোকপা মতাং ওইহনা হঙ্গৎনা বীরেনবুসু মরক মরক্তা মুন্না হেক য়েংউই। নয়নী তুমিন্না লৈবা তমলকত্রে, ন্না তাংবা হোন্নকলে, "মাইতামোদি অতাং লৈরেদনা?" ন্নাহৎ অসিগী পাউথুম বীরেন্না পাক পীবা তমখিদে। অতাং লৈত-বদগী মহাক্কা কাইনখিবনি। বীরেনগী থম্মোয় অতিয়াদা চাইগ্রবা মপুং ইফা-মফাত্রবা তিন্নবা য়াখিত্রবা মচু ময়াম, মাগী মিত্তা উরি। লাংবল থাগী অতিয়াদা তংত্রনবা নোংঙ্গাবী মচুদা নোংচুপ চীংয়া মকোয়দা চিক্লা লেমনা তাল্লমবগুম মতম অমগী নয়নীগী মুংশিবা মাইথোং অহু কাওতমদনা উন্নম্মী। তহাক লৈরগা "ঐহাক অতাং লৈতে, হোৎজিক্তি ইথত্তসু তাইরে।" খুমলকই।

নয়নীনা অমুক্কা খুমলকই "মহাকসু চৎপ্রবা?" বীরেনগী অতোপ্পা মুপী অহুসু কাইনরে তাবদা মুপী ওইবগী ওইনা চাওবা ন্নাখল পুন্নমক মাতথিবগুম তৌনা মপুক্লিং ইয়াং য়াংনা হংলকই, "অহল লমন অবোকখোইদি লৈরিদনা?" "ইমাসু লৈখিত্রে।" "অবোকতো মুংশিদা মশা য়ামনা নানজবনিনে। তামোদি ন্নান্নম্বা তারেদা।"

বীরেন্না, "ঐ নতোম্দা য়ামনা লানগ্রমাল্লে।" ন্নাহৈ অসি তাবদা নয়নী তনিক তনিকই। তনিক তনিকপা খুৎ অহনা য়ান্না ইকাই মুংশি য়ানবগুম তৌন তপ্পা তপ্পা বীরেনগী মথুৎপু নানবি। মতম অসিদা বস কন্দক্তর অহনা কন্না

লাওরকই, "[illegible]থৌবাল [illegible] থৌরাং [illegible]য়োরে।"

গাড়ী [illegible]বগা পেসেঞ্জরশিং অহু গাড়ীদগী [illegible] মথং কুমথরকই। [illegible] মথৈ ফমলম্বা নয়নীগী মচা হুপী অম্বু [illegible] কেম্বা [illegible] মনিগুম বীরেনগী তম্বাক-তগী চোংথখী [illegible] করিগুম্বা অমত্তা হায়নবা নংনহৌদে। মিকুপ অমগী মতুংদা গাড়ী অহু অমুক থোখরে। বীরেন্না গাড়ীগী থোংনাওদগী হন্না য়েংলকই, থৌবাল কৈথেলগী মীয়াম মরক অহুদা মাংখ্রবা নয়নী মমা মচা অনি অম্বু মহাক্কী মিৎন থীবা ফংথিজ্রে, থৌদোক অসি বীরেন্দা মঙগুন্না থোকখ্রে। মহাক্না নিংশিংই মিকুপ অমগী পুন্সিদা থোকখীবা মহাক্কী চান্নরম্বী অমনা মচাগা লোয়নননা মহাক্কী নাক্তা ফমলম্বা ন্নারী মতেক অমত্তংসু শাথিবা 'সিবু মতলনে? অসুম খন্না খন্না গাড়ীগী থোংনাওদা অমুকা হন্না য়েংথোক্লম্মী। হন্নক্কী উরে, যোবনগী মথোং কা-রকপা মতমগী ফুগাইনা শাৎলবা লৌশি পাৎকী থরো থম্বালনা মপান নাইত্রবা ইঙেল থাগী ঈপাক্তা হাইনা হন্না শান্নবহু কয়াদা ফজবা?

খোইরবা